# খুবাক খুৎনম

## ( A Family play )

শ্রীমাইবম রামচরণ সিংহ
মোইরাংখোম, ইম্ফাল।

তাং ১৪ এপ্রিল, চৈরাওবা নুমিৎ
১৯৬৭ ইং

মমল রুপা ২.৫০

# ৱাহৈ খরা ঃ—

পোক্তবী মমাবু মী খুদিংমক্না হিংচাবীগুম্না খল্লি। অহুবু "খুবাক-খুৎনম" হায়বা লাইব্রিক মচা অসিগী উদ্দেশ্যদি পোক্তবী মমা কয়াস্ত মমা ওইবীগী খম্মোয় চেল্লি। পোক্তবী মমা অমা ওইরগা ইচা-মীচা য়োংলৈ মেলৈ নাইবা নত্তে হিংচাবীগী লিচৎ চৎপা নত্তে হায়বা লাইব্রিক অসিনা ময়েক লানা উৎলি।

ঐনা অরোইবদা হায়জনিংঙি মতুদি "খুবাক খুৎনম" লাইরিক অসিনা মৈতৈ সাহিত্যগী মচাক অমতং ওইজবা ফংলবদি ইজবগী মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি।

লাইরিক লেংবা

# "খুবাক খুনেম"

( লিলাদা চংগদবা মীশকশিং অমসুং মখোয়গী চরিত্র )

নিপা :—

১। জীবন—য়াম্না ওক্তবা মপুক শেংদবা পাখং ;

২। মহেন—য়াম্না মপুক তপ্পা লমচৎ ফজবা পাখং ;

৩। নবীন—জীবনগী খাঙ্‌থকী মরূপ ;

৪। মেঘজিৎ—সধারনগী শেনজাও পায়বা অহল অমা ;

৫। নিলমনি—জীবন অমসুং মহেনবু পোকপা ; লাইরবা ;

৬। শেখর—অহলনি জেল সুপারিনটেণ্ডেণ্ট

পোষ্টমেন —কোনসটেবল —অসিনচিংবা

নিপী :—

১। জামিনি—নিলমনিগী মুপী অতোপ্পী মহেনগী মমা ;

২। শান্তি—শেখরগী মচানুপী, লৈশাবী ;

৩। কমলা—অকে অমো পাম্বী নুপীনি ; ( জীবনগী নুপী )

# "খুবাক খুনম"

---

## অহানবা শরুক

১বা উংপা

**নিলমনিগী য়ুম**

মফম :—মাঙ্গোল　　　　　　　　　　মতম :—অয়ুক

নিলমনি মশা ওমদহগী মঙংনি ; হকচাং অছু য়াম্না শোক্না উরে ফক শেগায়বা অমদা ফম্লহুনা মকোক মরু ইচাও-চাওরহুনা স্রাখল তৌহুনা লৈরম্মী ; মরক মরক্তা লোকস্থু থুই ;

নিলমনি।—জামিনি। তারিবরা নংবু হিদাক অছু ঙাঙ্গক অমত্তা হাল্লকউনে।

( জামিনি থোরকই )

হিদাক ঙাঙ্গক অমত্তা হাল্লকউ হায়রগা কৈদৌরে ?

জামিনি।—করিনো হায়রিবহুবো ঙাওরবরাও ? মৈথু থক্রবদি লোকখুবা য়াম্না হেল্লেগনি। হায়ন-তানবস্থু থরা মইঙ্গশি কৈদৌবগে।

নিলমনি।—থংদরে জামিনি ঙাওহুনা পংঙাং ঙাংবা পংশক শকপা হায়বহুনি, স্রাখলনা চিনবান থক থা কংথরে।

জামিনি।— হকচাং শোনবা হেনজিন্নবা কৈদৌনবা পংখন খনবীরিবনো ?

নিলমনি।—খন্দবা য়াবরনে। লৈতবা লাইরবা মীদি ব্রাখংদে হায়বদো ওম্বোক্লা চুমশ্রেদা ! করম্বা মুমিৎ থাদা লাইরবগী লাইথুং অসিবু কোক্লগবা ! মীগী মমাংদা ব্রাখংদবা মপা তাগদৌরেদকো !

জামিনি। — করিনো হায়বীরিবত্রবো ?

নিলমনি।—নংনা ঐঙোন্দা অমুক হংলিবরা, নংসু খংঙিবত্নমঙাই ঙরাং নিপামচা অহলনা থারকপা চিঠিগী মরোলঙ্কু নংসু তারেদনা ?

জামিনি।— জীবন্না ; কনাদগী লৌত্বনা করম তৌনা থাগদগে ? মসিদবু খন্দবা য়ারিবরা ?

জামিনি।—অত্নবু করি তৌরবগে ?

নিলমনি।—করিনো নংনা হায়রিবদো অঙাওবী নংনা মরম খংদবনা ইলায় লায়না খল্লিবনি। মহাক্লা হায়রক্লিবা লুপা অত্নু ঙসি হাপ্তা অমগী মঙ্গুংদা য়োহল্লকত্রবদি লো পরিক্ষা পীবা বেরা তৌগদৌরে হায়রক্লিনেসে।

জামিনি —ঐসু খংলে ; ইচা অত্নুনা লো পরিক্ষা য়াওননবা থারকউ হায়রিবা লুপা অত্নুদি যেশা উপাই তৌত্নুনা থাবা তারেদনা। মহাক্লা লো পাশ তৌত্নুনা উকিল ওইরবদি ঐথোয়না ব্রারিবা নোমজরিবা অসিগীদমক্তা ঈশ্বরনা খরমথৈদি মহৈ কংহনবীগনিদা।

নিলমনি।—অহুবু নংসু খল্লু ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসিদা ঐখোয়গীদমক্তা কনানা লুপা ৫০০ থংবিয়রক্নদগে ……………শেল ওইনা খল্লা পাইজরবসু ওক্রম কাহ্নাই হায়বহুনা পুশিল্লক্নুনা মশক মচু খংদবা নিপা অমগী সাইকেল অমা বন্ধান লৌশিল্লুরেদো। সাইকেল অসি হন্দোকও হায়হুনা ভরাং সন্ধ্যাদা উনবা চৎলুরবনি অহুবু উনবা ফংঙক্তরে, লংফৈদা চৎখিবা থা ২ ফাররে হায়। করম তৌগদবনো খংদরে লাইরিক লাইশুসু ইনহৌদরে। হৌজিক ঐনা তৌগদবা হায়বসু সাইকেল অসি অতোপ্পা অমদা থমদোকলুগদবদা ভাইরে।

জামিনি।—জিবনগী শেল অসি থাত্রবদি ইবুঙোদি হেক পোকপা মপানিনা মীনা-খিনা ভাংনরোইদো ঐবুদি পোক্নবী মমা অতোপ্পী অসিগী খুজিলদগী মপানা শেল থাদহুনা লো। পরিক্ষা য়াওব্রিবনি হায়হুনা ইতুংদা মীনা কনা-কানি ভাংনগনিদো অহুনা …………।

নিলমনি।—ফরেনে সাইকেল অসে ঐনা লুপা ৪০০ দা বন্ধান লৌহৌবনি অতোপ্পা অমদা …………।

জামিনি।—ইবুঙোনা তাকপিব্রিভৈদা ঐনা ভসাই অয়ুক ভস্তা থবক অহু পাংথোক্নবা ইচা মহেন থাথরে।

নিলমনি। করি হায়বা?

জামিনি।—গৌহাটি য়েনবা থাখিগদৌরিবা শেলমিনা চোনথবা য়াত্রে হায়হুনা ইবুঙোগী য়া তাদনা নচা মহেনগা ঐগা তাম্নহুনা থবক অহু পাংথোক্নবা ঐনা শিঙ্গথরে।

নিলমনি।—সাইকেল পুপ্রবা।

জামিনি।—হোই। করিনা হায়ববু শেল থাই হায়বসু খোক আদা ইচানা শিজিন্নবা নংত্রবদি করি কান্ননি। অতুনা ঐনা মহেন্দা সাইকেল অতু বন্ধান থম্নগা অন্নাংপা অতু যেশা উপাই তৌতুনা লুপা ৫০০ শুনবা হাপ্লগা ৬সিমক থাখরো হায়না শিন্নখরে।

নিলমনি।—৬রাংনা থবক অতু ঐনা পাংথোকপসু য়ারবনি অতুদা জামিনি ………।

জামিনি।—য়াম্না কায়রবরনে ?

নিলমনি। — করিগীবুদি কাইরুগদগে ……… ……… ……… অতুদা নং ঐগী ইপোৎমকসু নস্তেদো ……… ……… ……… অচিনবগীদমক্তা মতম খরগী মীনা বন্ধান থম্মস্বনিদো ……… ……… ………।

জামিনি।—মখোয়নদি হন্দোকপিরত্রবনিনা অচিনবা নংননবা শিন-দোক-শিনজিন তৌবনি মখোয়গী মপোৎ অদো চাননা মাংহনখিবদি নস্তেদনা।

নিলমনি।—তৌত্রবা য়াত্রবা থবকনিনা মতুদা তারেদনা। থবক অতু মনা-মনিল নাইদনা পাংথোকখিবতুসু য়াম্না করে।

জামিনি।—ইচা মহেন অতু য়াহৌবগা চৎখিবনি তুমিত্তি উখোং য়োশিল্লকদোরে করি তৌরবনো হৌজিক কাওবা হল্লকত্রি-বসিবো।

নিলমনি।—মরাইনা লাকচগনি থবক লোইদতুনা লাকত্রিবনি নস্তে জামিনি লুরিববু, মহেনসু মাগী পরিক্ষা হায়দোরক্লগনি করিগুম্বা ঈশ্বরগী থৌজান্দগী মহেন্না পরিক্ষা ৬ম্মকপা

থোক্লবদি মাস্তু কলেজ কাগে হায়রকনিদো, মাগীস্থু য়ামজ্রবদা লুপা চাম অমা চনি অমা চংগে হায়নিদো।

জামিনি।—হোই মপা মমা ওইবা ঐখোয়গী ইথৌনিনা চেনবা য়াবা নত্তে মতম মতমত্তুদা ঈশ্বরনা তম্বা লাকনি থোইনা খনবিরুগনু।

নিলমনি।—পুশিনবদা থংবা অরাবা কোকথোকপা নৈতনা পুক্তি-সিদা খল্লুবদা অঙানবা ফংদ্রে অমম্বদা থেংনখরে।

জামিনি।—অরাবা খাংবগী মতম লোইশিল্লক্লেদনা সিদগীদি ইচা জীবন্না লো পাশ তৌত্তনা থোরক্লবদি মনাও মহেনগী ভার পুম্নমক মরাইনা পুজরগনি অদুগা ঐখোয়গী অরাবস্থু কোকহল্লগনি।

নিলমনি। — ( থোংগানরোমদা য়েংলুরগা )

মহেন লাক্লে।

জামিনি।—কদাই—? ( মহেন চংলকপা ) কমদোরে ইবুঙো ?

মহেন। — ইমা, তামোগী শেল অহু থাখরে অহুবু খরা শুফাং-খিদ্রে —।

জামিনি। — কয়াম রাৎথ্রবগে ?

মহেন। — লুপা ৫•• দগী লুপা ২• তাখরে।

জামিনি। — লুপা ৪৮• থাগ্রবা ?

মহেন। — হোই ইমা।

জামিনি। — শুনবা থিবা ফংখিদ্রবরা ?

নিলমনি।—ফরে কৈদোবগে মহুবু থাগ্রবদি।

মহেন।—সাইকেল অহু লুপা ৩•• দগী হেন্না ফংদ্রে অহুদগী

করমনো তামোগী শেলসিদি ডসি থাখিত্রবদি হায়তুন ইকায়-ইকি হুন্দোক্তুনা মরুপ মপাংদগী হায়জতুনা লুপা ৪৮০ অতু থাগ্রবনি ইমা।

নিলমনি।—ফরে ফরে নংনা থি হুমতুনা থোংগৎগ্রিবা শেল অদো ইপানা য়াম্না থুনা শিংদোক্লবা হোৎনগনি। চৎলো চৎলো নংনা তৌগদবা নথৌ তৌজরুরো।

জামিনি। — অতুগা মহেন ; নংগী হন্দক্কী পরিক্ষা অসি পাশ তৌরক্লবদি মখা তমথগদৌরিবসিদি করি কৌই ?

মহেন। — ইমা বি-এ হায়বতুনি ( চংখিবা )

জামিনি।— ( হরাওনা ) বি-এ। ইচা অহলনা লো পাশ তৌতুনা থোরক্লগা উকিল।

নিলমনি। — অসিনিদো জামিনি সংসাগ্লগী ময়া হায়বদো মথোয়গী রাখলদা অরাবা পুক্লিংসে ডহাকসু পোথাবা ফংলি। ( থোংগালরোমদা য়েংলুরগা ) জামিনি থানাগী মী থরগা নিপা অমগা লাকলিবসি করিগীনো ?

জামিনি।—করিগীনো ঐসু খংদেনা। চংঙক্লগা খংবা হায়বতুনি। ( I. P. চন্দ্র, ) Cons. অমা অমসুং মেঘজিৎ চংলকপা। )

নিলমনি।—ময়াম্না লেংবিরক্লিবসিবু করি মরমগী ওইরবনো ?

I. P. চন্দ্র। — নেপ্রমগী নিলমনি হায়বতুবু ··· ··· ···।

নিলমনি। — মানি হোই, ঐনি।

I. P. চন্দ্র। — ও !

নিলমনি। — ফকলোমদা লেংশিনবিয়ু। ( ফিদা থাবা )

I. P. চন্দ্র। — ফমদ্রবস্থ য়ারে অদোমনা পোকপা মহেন হায়বত্ত লৈবরা ? ( নিলমনি, জামিনি ঙক্না য়েংনবা )

জামিনি। — ( মুংশাথিবা ) আ লৈ ; করিগী ওইরবনো ?

I. P. চন্দ্র।—মরম হায়ববু ঐগা লাকমিন্নরিবা তাঙাং মেঘজিংকী সাইকেল অমা মী অমদা নচানিপা মহেম্না লুপা ৩০০ দা বন্ধান থনম্মে হায়। সাইকেল অদু বাজারদা ঙসি তাইবুঙো-সিনা থেংনত্তুনা ফারে। নিপা অদুনা হায়রকপবু খুড়ানা পোকপা নচাদুনা ঙসি অয়ুক বন্ধান থনম্বনি হায়।

নিলমনি। — অচুম্বনি, অদুবু সাইকেল অদুদি... ... ...।

মেঘজ্বিৎ।—খুডা, ঐহাক বাজারদা সাইকেলগী দুকান ফমজবনি, সাইকেল অসি দুকান্দগী মাংখিবা থা ৩ হেনজিল্লক্লে মতৌ করম্না ঐগী সাইকেল অসি খুড়াগীদা লৈরমলিবনো ? নচা অদুনা ঐগী দুকান্দগী লাকখিবা নত্তুনা করি ওইগদগে।

জামিনি।—নত্তে-নত্তে ইবুঙো ঐগী ইচা মহেন্দি অদুগুম্বা লিচৎ চৎপা ইচা নত্তে মদো অরানবা রাখলনি।

মেঘজিৎ। — হুম, মমানা মচাগী উকল ওইবদি হৌনশানি, নত্তে ইবুঙো ইন্সপেক্টর বাবু রা যাম্না ঙাংনদুনা করি কান্নগদগে হুরানবা ফারবদি করি তৌফম থোকপগে থবক পাইখৎ-পিরো।

নিলমনি। — ইবুঙো মেঘজিৎ বাবু অদুক য়াম্না পংকন কল্লা তাকপিগনু। ঐগী য়াসু অমুক্তা তাবিখো। ঐগী ইচাদি ইবুঙো বাবু খোয়না থনবিবা অদুগুম্বা মীশক অদু নত্তে

মহাক্তি হন্দক্তা পি-ইউ-সিগী অরোইবা পরিক্ষা থাজরিব ইচানি।

মেঘজিৎ। — খুড়ানা নচাহু কোলেজ তম্লিবা ছাত্রনি হায়রগা মাগী মরাল হেক্তা কোক্লগনি খনবরা? খংবিয়ু খুড়া ছাত্র ওইরগা হেক্তা ফরমগনি হায়বা অরেপ্পা লৈতবনি। খুড়াসু তাবিরি-বহুমঙাই হন্দক্তা ছাত্র মশেল খুগ্রিনা ককনথ্রিবদো। হৌজিক্কী মতমগী ছাত্রশিং অসিদি চামগী মহুংদা য়াংথৈদি ছাত্র গুম্দা ওইরবনি মখোয়গী মরক্তা নচা হুরানবা অহুসু য়াওরবনি।

I. P. চন্দ্র।—কানদে খুড়া নচাহু কৌথোকরকউ জবান লৌগে।

নিলমনি। — হোই, কৌথোকচগে অহুবু রাসি অমুক্তা তাবিখো ঙসি মহাক্না বন্ধান থম্লিরিবা সাইকেল অসি নিপা অমনা খুড়াদা বন্ধান থনম্বনি থা অনিরোম ফারে ঙরাংসু হন্দোকউ হায়গে হায়হুনা নিপা অহু ঊনবা চৎলুবনি ঊনবা ফংঙক্তহুনা ঙসি চৎনগদবা য়াম্না লুবা শেনকম অমা লৈবনা সাইকেল অহু বন্ধান থমলুবনি। খুড়া অহল ওইরে ঐবু থাজবীয়ু ঈশ্বর য়েংহুনা হায়জরি-তমজরিবসে অচুম্বা ঙাক্তনি।

I P. চন্দ্র। — ফরে থাজরগে থাজনবগী মতিক চাবা প্রমাণ পিয়ু।

নিলমনি। — প্রমাণ।

I. P. চন্দ্র।—প্রমাণ হায়ববু নিপা অহুদগী সাইকেল বন্ধব লৌহোবা মতমদা ইনহোবা লাইরিক লাইগু অহু পুথোরকউ।

নিলমনি।—লাইরিক লাইশু। খুড়াদি মহু পাইহৌদরে।

মেঘজিৎ।—ইবুঙো বাবু মতম মাংননবনি।

(মতম অসিদা মোহেন ইমুংদগী থোরকই)

I. P. চন্দ্র।—অমুক্তা ঙাইবিথো। করে খুড়ানা চমজবা মী অমা শুইবগী লাইরিক লাইশু পাইহৌব্রবসু খুড়াদা বন্ধান থনম্বা নিপা অহু মশক মমিং তাকপিযু অহুগা মাগী মনাক তান্না খুড়াসু চংপিবা তারে।

নিলমনি। — নিপা অহুগী মমিংদি ঙাশেপম তোলমু কৌই।

I. P. চন্দ্র।—ঙাশেপম তোলমু! (লাইরিক ইশিনবা) মাগী লৈকমদি ........?

নিলমনি।—লৈবসু মীগীদা তাংহুনা লৈরম্বা জিরিদগী থোরকপা মী শুইরম্রে অহুগা মশামকসু হৌজিক থিবা হংদরে লংকৈদা চংথিবা কুইরে হায়—।

মেঘজিৎ।—অসিগুম্বা ওইদবা পরেং অসি অসুম তাহনা লৈথি-গদরনে বাবু?

I. P. চন্দ্র।—খুড়া রারৌদীগনু ঐগী তৌফম থোকপা থবক চংথজবা তারে—।

মহেন।—করিনো হায়নরিবা হাকম অসিথু ... ... ...?

মেঘজিৎ।—হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা হায়হুনা হুরানবা মীশক থংলহুনা কাবা লাক্লিবনি।

মহেন। — হুরানবা —।

জামিনি। — ইবুঙো, নংনা ঙসি বন্ধান থমলুবা একাগাড়ী অহু হুরানবগী মাল শুইরম্রে।

মহেন। — হুরানবগী মাল ওইরবস্ু ঐখোয়গী করি ইরালনো। খংদবনিনা বন্ধান লৌহোবনি।

নিলমনি। — মমিৎ তাংলবা আইননদি ঐখোয়গী অচুম্বা অদো উবিদেনে মহেন।

মহেন।—হায়রিবসিদি ঐখোয়না হুরানবা তাগদৌরিবরা পাবা?

I. P. চন্দ্র। — হুরানব: মাল নত্তে হায়বগী বন্ধান থনম্বনি হায়বগী মতিকচাবা প্রমাণ পিবা ঙমত্রবনিনা, হুরানবা মাল নখুত্তা ফংলবনিনা বিচার লোইত্রিবা ফাওবদি অরাফমদা লৈবা তারে।

নিলমনি। — অরাফম! (লোকথূবা) অচুম্বনা চিদাইদা অরানবনা ময়াইদা চৎলবা; অসিরা! মল অশিবগী মনাক্তা লেপ্লগা প্রাইশ্চিৎ ফংঙি হায়বদো।

I. P. চন্দ্র। — অচুম অরানগী বাদি হয়েং কোর্টনা লেপকদবনি। ঐগী দিউটিদি হুরানববু ফাহনা পুবনি।

জামিনি। — ফাহনা পুবা। নত্তে নত্তে ইন্সপেক্টর বাবু অহল ওইরবা নংগী খুড়া অসিবু ফাহনা পুবা হায়বদো তৌবিগনু পংবদগী থোকপ্রিবনি ঐখোয় ইরাল লৈজদবনি অচুগীস্ু মথক্তা নংগী খুড়াসে মশা ঙমদহনা লৈরিবনি।

মেঘজিৎ।—মৌগী মপোৎ লাক্রমদাইদদি শামুমুক কল্লগা অরাফমদা তারমদায়সিদদি শোম্বনা স্বর ফাওবা হোনবা ঙম্নরিরোইনে? হন্থুথংদা নরমচৎ ফৎত্রবদি লৈপাক খোঙ্গোইনবা হায়বসে মশানা তাবনে।

মহেন।—(শাওনা) করি?

মেঘজিৎ।—এ :—হুরানবগী মচা নংনা নমিৎ শুকতোক্লনা লাও-
খোংলগা কৈদোগদৌরিবনো ? ঐনা হায়বসে অচুম্বা
নত্রাও ? নখোয়গী অহলসিনা তৌরিবসিবু করিনো মনাং
নত্তনা শক্তোম চানিংবগী মতাগুম মরলদি লৈতনা হুরানবগী
লিচং চৎতুনা মচা মশু য়োকপা থাকপনবু করি অকবা
মহৈ ফংগদগে হুরানবনা বৈষ্ণব পোকপা হৌনদে "ঝপের
বেত্তা গাছের ফল"।

মহেন। ( শাওবনা মশা থক থক নিক্লনা পাইশিল্লক্লনা
মেঘজিৎকী মখোরি মেক্লনা )
করি ; মনসেল্ল—। চিল অমা পাল্লি হায়হুনা পংঙাং
ঙাংবরা হা ?

জামিনি।—মহেন ! ইমাগী ইবুঙো !

I. P. চন্দ্র। করিনো করিনো ?

Cons. শিং। হায় হায় ( মোহেনবু চিংখোকপা Cons. না
মখুৎ তুংবুন্না পাইহুনা থম্বা )

মহেন। — থিরবা মচিল অহু ঙাগাইগে হেক তৌবনি নথরাই
অহু হেক লৌববু।

Cons. ।— তুমীন লৈয়ু। ( মহেন্দা ফুবা )

মেঘজিৎ।—উবীরেদনা ইন্সপেক্টরবাবু মগুং মতৌ অসিনবু
হুরানবগী লীচং চত্তবা হৌনবরা ?

I. P. চন্দ্র। — ( Cons. দা ) হেন্দ-কপ-তৌ। চংননবা
তৌরসি।

( Cons. না মহেনবু হেন্দ-কপ তৌখা )

জামিনি।—ইমাগী ইবুঙো!

নিলমনি।—ইবুঙোবাবু, সাইকেল অদুগী মরমদা কাহুনা পুবা ভারবদি খুড়াবু পুবীয়ু। ইচা অসিদি করিস্তু খংজদবা মরাল লৈজদবনি। সাইকেল অদো ঐনা বন্ধান লৌজ-হৌবনি পংবদগী অরাকমদা তাবা তারবস্তু ঐনা তাগদবনি। ইচাবু থাদোকপিয়ু। ঐবু পুনবীয়ু ঐবু কাহুনা পুবীয়ু ইবুঙোবাবু। ( মশা শুম্মক্তবা লোকখুবা )

I. P. চন্দ্র।—খুড়ানা হায়রগা ঐখোয়না হেক্তা লৌগদবা নত্তে আইনগী লম্বী খোইনা চৎপা য়াবা নত্তে। হুরানবা মান মথুত্তা ফংবা মীহুবু কাগদবনি

নিলমনি।—ইবুঙোবাবু তাকপিরিবহুদি চুম্মমগনি অহুবু অশেংবা সাইকেলহুগী মরি লৈনবা মীশক্তি খুড়ানি করিস্তু খংজদবা মরাল লৈজদ্রবা ইচানা মখুৎ তুংবুম্নহুনা লমজাও শোরোক্তা পুহুনা চৎখিবহুবু মপা ঐনা করম্না য়েংহুনা লৈহৌগদগে? য়ারবদি মাবু থাদোকপিরম্মু—।

I. P. চন্দ্র।—খুড়া মসি............।

নিলমনি।—ইবুঙোবাবু নংগুম্না মুংঙাইগে য়াইফগে তানখৎলক্লিবা মরাইবকথিরবা ইচানি নহা ওইরিবা মাগী পুন্সি অসি লৈখা তানা মাংখিবা তারে। কৈদৌবগে ইবুঙোবাবু নখোং পাইহুনা হায়জরি মাবু থাদোকপিরম্মু, ঐবু পুন্দুনা পুবিয়ুনে!

মহেন।—নত্তে-নত্তে ইন্সপেক্টর বাবু পাবনা হায়বহু লৌঙিগনু মচা ঐবু কাহুনা পুখিবহু য়েংবা ঙমদহুনা পংঙাং ঙাংলি-বনি। সাইকেল অদো ঐনা লৌহৌবনি-পাবুংগী মরাল

করিমত্তা লৈতে অরাকম কংবা তারবসু ঐনা কংগদবনি। লেংঙসি।

নিলমনি।— ( কপনিংবা, সুংঙাইতবগা লোইননা )

মহেন! নহাকপু মিংচৎখিবসি কংবা তারবরা?

মহেন।— অচুম্বগীদমক্তদি ঐনা কনাবু ইকাইজরুগনি কনাবু, কিরুগনি। ইন্সপেক্টর বাবু লেংঙসি।

জামিনি।— মহেন, ইমাগী ইবুঙো। ( কপ্পা )

মহেন।—ইমা, ঐ অমা লৈনা অহল ওইরবা ইপাগী ইজ্জৎ মাংহনগদরা? কপকনু। করিসু লৈতবা মরম অসিগীদমক্তা ঐনা কয়া কুইনবু অরাকম তাগদগে। রাগনু। ( নিলমনিদা ) পাবা, করিগী রারিবনো ঙসি ঐনা চৎলিবসে পাবগী সেবা ফংজবনি। ( খুরুম্বা )

নিলমনি।— মহেন।

মহেন।— ( I. P. দা ) লেংঙসি ( চৎপা হোবা )

নিলমনি।— ( য়াম্না থম্মোই শোক্না ) মহেন।

জামিনি।— মহেন।

( চন্দ্র, মেঘজিৎ, মহেন, Cons. চৎখিবা )

নিলমনি।— মহেন! ( লোকখুনা খুনা তুথখিবা )

জামিনি।— ইবুঙো ( নিলমনিবু কোনখৎপা )

নিলমনি।— ( য়াম্না রানা রাহৈ মতৎ মতৎ ওইনা )

জামিনি ... ... ... ঐগী মহেন ... ... ... মহেন অ-দো

জামিনি।— ইবুঙো! ( কপ্পা )

লাইট ওফ

## ২শুবা উৎপা

### পার্ক

গৌহাটিগী সহরগী লম্বী ময়াদা লৈবা পার্কনি—ফম্নবা ফিদা খরস্তু শেম শাদুনা লৈরি, লৈগুস্তু হৌরি, কমলা য়াম্না মথরাই কুশাইতনা ফমদুনা লৈরম্মী জীবন চংলকই।

জীবন।—হেলো কমলা।

কমলা। — ( শাওরংননা ) হেলো।

জীবন।—কৈদৌরে ঐ লাকত্রিবা ফাওবা ভাইরস্থু হায়রগা য়ুমদগী চৎথোক্লম্নবদি ?

কমলা।—নহাকপু ভাইদুনা লৈবগী করি কাম্নবা ফংগনি ?

জীবন।— করিনো হায়রিবদো ?

কমলা।—করিনো হায়না অমুক হংজ্রবস্তু নংগী শাজত্তা নংগী লমচত্তা করি অকায়বা চৎপ্রবগে হায়বদু থম্বরগা ব্লা ভাংভ্র।

জীবন। — ঐদি ভসি ফাওবদি নংগী নফমদা করিগুম্বা অকায়বা অমত্তা চৎথিদে হায়না নিংভি।

কমলা।—চত্তে ? চুম্মী, ঐগী ইফমদবুদি চত্তেনে। নংনা ঐবু পোকপা অহল-লমনগী মফমদা চৎলিবা শাজৎ অমদি মথোয়বু উৎচাইরিবা নমথাক ত্তৌরিবা অসিগীদমক্তা ঐদি মাই অসি পুবা ভমত্রে, য়ুমগী মথাদা মিৎকুপ অমা ফাওবা লৈনিংত্রে।

জীবন।—ঐনা নথোয়গী অহল্ল-লমনকু নমথাক ত্তৌই হায়বা ?

কমলা। — তৌদে হায়গেরা। নংনা গৌহাটিগী মণিপুরী বস্তি ঐখোয়গী য়ুমদা মতম অস্থুক কুইনা শাংনা লৈরকপসি নিংথৌমচাদগী হেন্না সুডাইনা নথুত্তা হামত্থনা চাত্থনা লৈরিবা নত্র ? মত্থু কনাগী মতেংননো ?

জীবন। — অত্থুবু করি তৌরবগে ?

কমলা। অস্থুক য়াম্না পংশিন্নবা হৈবা নিপাদি ইমানা পোকপদগী উজরক্তি। থন্দুনা য়েংউ নং ঐ লুহোংবদা শেল কয়া য়াম্না তিংখরে।

জীবন। — তিংদে কনানা হায়থ্রবগে। নংনা ঐবু সুংশিবীবগী মতিকচাবা তৌবিমলনি।

কমলা। —ফরে মত্থুস্থু ওইরো। পুন্নমক অসি ইনৎ-নত্তনা নয়ুমদগী শেল থারক্নি থারক্নি হায়ত্থনা ঐনা জামিন ওইত্থনা নংগী লাং-ফাংগী খরচগীদমক্তা ঐনা পাবদগী লৌরিবা শেল অসি লুপা ২০০। ৩০০ লোম শুজিল্লক্লে। মত্থুগীদমক্তা নংনা ঙসি ফাওবা রাখল মচেৎ অমত্তা খন্দে ঐবুদি ইপানি নহাকপু ইকাইবা মচেৎ অমত্তা পক্ত।?

জীবন।— কমলা নংনা ঐবু অত্থুক থিনা ঙাংলিবত্থুবু.........

(ফুরিংখাওদগী লুপা ১০০ গী নোট খরা লৌথোক্লগা)

অসিগীদমক্তা নত্রা ? য়েংঙ্সে।

কমলা। — (লুপা উবদা হরাওনা) লুপা! কদায়দগীনো অত্থুক য়াম্বা লুপাদি... ... ... ··· ?

জীবন।—য়ুমদগী থারকপনি। মসিদগী খরা নথোয়গী পাবদা পিশিল্লবদি ঐগীদমক্তা নমাই থুবা ফরগন্নিদনা ?

কমলা ।—O ! yes, মতুম তৌরবদি নিপা মাল্লেদনা ।

জীবন ।—অদুবু কমলা অল্লাবা য়াকম অমদি ... ... ... ।

কমলা ।—হায়য়ু করিনো ?

জীবন ।—ঙসি থারক্লিবা লুপা ৪৮০ অসি নমথাক্কী শেলনি । লুপা থারক্লবদি লো পারিক্ষা য়াওবা য়াররোই হায়দুনা মীনম-শোরিদুনা যুমদগী ঐনা তাম্বোকপা শেলনি ।

কমলা ।--করে কৈদৌরবগে ?

জীবন ।—নংনদি ইকোম কোল্লা করে হায়রিবা । মণিপুরদদি ঐবু পোকপা অহল-লমল্লা ইচাদো লো পাশ তৌদুনা থোরক্লগনি হায়দুনা ময়াম মমাংদা চাওথোকচরমগনিদো থংঙ্ , কমলা নঙোন্দদি করিমত্তা খুপ্পোই করিমত্তা লোৎলোই ঐগীদমক্তা কুরোল হুরবা অহল-লমল্লি । ঐনা মীনম্বদগী মথোয়বুস্ মীনম্বা তাহনগদৌরি অদুনা.........।

কমলা । — মদুগীদমক্তা কোক শাক্লগনু ঐনা কনবা লোইনা শিনজগনি ।

জীবন । — হায়বদি ... ... ... ?

কমলা ।—অদুক লায়বা য়াদুবু ... ... ... লুপা থল্লা থল্লচ তৌরগা পরিক্ষাগী মতমদা নংগী নহুৎ শিন্দুনা মী অমা কমহল্লগা লোইরেদনা — ।

জীবন । — অদুবু চৎনবা য়াবা য়াকল্লনে ?

কমলা ।—হৌজিক্কী মতমদা অমুক য়াম্না চৎনরবসিবু .........।

Don't worry I will manage everything.

জীবন। — কমলা নং অসে ঐগী পুন্সিগী Partner নি হায়বদা ওস্থোক্লা মতিক চাথরে।

কমলা। — নংগী wife অমা ওইরগা ঐনা নংগী ইজৎ ডাকলোই-দরা! য়েংঙোই পান বাজারগী অতুরাইদা মমাই য়াম্না থকপা জীতেন বক্লরা কৌবা হাকুম লো-পাশ তৌথিবা নহা পাথং অমা লৈ ঐনা মিংনে নানে থরদং ভাংলুবদা ঐনা হায়রিবা মথৈ ইনগদবনি খংঙবরাও ?

জীবন। — Darling নংনা মতুমত্তা থোক্লখা শিল্লু।

কমলা। — ঐনা হায়রেদনা।

( মতম অসিদা পোষ্টমেন চংলকই )

পোষ্টমেন। — জীবনবাবু।

জীবন। — ক্যা হায় ?

পোষ্টমেন। — আপকা খাদ।

জীবন। — টেলিগ্রাম ?

পোষ্টমেন। — জি। ( টেলিগ্রাম পিথা ) লিজিএ।

( জীবননা খোই তৌরগা চেহ্ পিথা )

পোষ্টমেন। — নমস্তে।

কমলা। — করিগী টেলিগ্রামনো ?

জীবন। — খংদে য়েংথিগে।

( টেলিগ্রাম কাকতোক্লুনা পারগা মাইথোং লাংশিনখা মমাই খুমহুনা মথল্লাই শোক্লা হিক্লা হিক্লা কল্লা )

কমলা। — করি তৌরবগে ? হায়ও শে ঐঙোন্দা ডম্মো করম্বা খুদোংথিবনো ?

জীবন।—কমলা! ঐবু পোকপা বাবা অদো ঙরাং অহিং লৈখিদ্রে।

কমলা।—ঙরাং লৈত্রে হায়বা?

জীবন।—লৈত্রে।

কমলা। — তাইবংপানসি অসি ঙাক্তনি অহান অকোন্দনি লাও যুমদা চৎলশি। খবর অসি ঐখোয়গী পাবখোয়দা তম্লগা করি তৌশিগে তান্নরুশি। লাও চৎলশি।

( জীবনগী খুজেং পায়দুনা পুখিবা )

**লাইট ওফ**

### ৩ শুবা উৎপা

যুম ( জেল সুপারিন্টেণ্ডেণ্টকী )

মফম—যুমগী সিড়ি ময়ানি; লৈকোলগী শরুক খরসু উন্নি। শান্তি মাঙ্গোন্দা চেয়ার অমদা ফম্লদুনা লাইব্রিক অমা পারি। লৈকোল ময়াদা শেখর চেয়ার অমদা ফম্লদুনা নিউজ পেপর পারি; মহেন ফাদোপকী ড্রেশ শেৎলি মখুত্তা খুর্পা অমা পায়; সিড়িথাক ময়াদা ফম্লদুনা চিন্তা তৌদুনা লৈরম্মী।

শেখর।—মহেন! ( মহেন রাখলনা তাদে ) মহেন তারিবরা?

মহেন।—বাবু। ( ফুক হৌগৎদুনা খুর্পা অদুনা নাপি শিংনা শেংদোকপা )

শেখর। নংবু ঙসি করি তৌরবগে নখন্নাই অদুক লুংঙাইতনা উববু?

মহেন।—করিস্নু তৌদে বাবু।

শেখর।—করিস্নু তৌদে হায়বা য়ারোই ঐভোন্দা. শেংনা হায়য়ু।

মহেন।—ঐবু পোকপা লৈখিত্রব। বাবাজি অহু নিংশিংলক্তুনা...।

শেখর।—ও। মহেন, নখোয়গী বাবা লৈখিদবদি থা ২।৩ ফাজিল্লক্লে ভসি নৌহোননা করিগী অরাবা য়াথল পুশিল্লক্লিবনো ?

মহেন। — বাবু, লাইবকথিবনা ইপাগী কর্ম্ম ফাওবা য়াওবা ফংজখিদ্রেদো চহিগী দিন থোকপদি ঐ য়াওজবা ফংগনিকো ?

শেখর।—অভাওবা নংগী মিয়াৎ লোয়গদবদি থা অমবু ফাজিল্লক্লরে, চহিগী দিনবুদি করিগী য়াওবা ফংলোই ? নংগী নরাইবক্তা অস্তুম থোকউ হায়না ভম্নখিবনা ফাদোপ ওইরবস্নু নংগী ফজবা লিচৎ মীনা ভমজনফম ওইবা য়াভাং শাভাং তাবদা নংবু ঐনা ফাদোপ অমনি হায়না খনবা ভমদে।

মহেন। — বাবু।

শেখর।—নং অসি নহৈ নশিং হৈবা নগুল লৈবা পাখং অমনি হায়বা ঐনা খংভি। অহুনা নংনা ঐগী ইজৎ মাংহল্লোই খন্দুনা নং অসি মিয়াৎ তায়বা ফাদোক অমা ওইরবস্নু অভৈ অতোপ্পগা মান্নদনা নংবু ঐনা কোয়না থাদোক্লিবসিনি।

মহেন। — বাবুগী থৌজালনি।

শেখর। — নংবু ঐনা কোয়না থাদোকই হায়হুনা ঐগী ইজৎ মাংহনগে নিংগহু। হায়বদি মিয়াৎ লোয়গদবস্নু খিত্তা ভাইরবদা নয়ুম চৎনিংবনা হেনখিহুনা লোম্না থুপ্পা চেনগে নিংগহু মহুম তৌরবদি অমুক মিয়াৎ শাংথখিহুনা নপুন্সি মাংহুনা তোকনি।

মহেন। — ঐ অসি ফাদোপ অমা ওইরবস্থ বাবুনা ফুংশিবিরিবা অমস্থুং চানবিরিবা অসিগী মমল মাংহন্জরোই।

শেখর। — নংনা জেল মহুংদা লৈবদা লাইরিক লাইশু পানিংলবস্থ ঐভোন্দা হায়য়ু Daily গী News paper স্থ ফংগনি।

মহেন। — বাবু।

( মতম অসিদা শান্তি মপাগী মনাক্তা চংভকপা )

শান্তি। — পাবুং।

শেখর। — করিনো ?

শান্তি। — সাহিত্যগী explanation অমতা তাকপিয়ুবা।

শেখর। — হা সাহিত্যগী explanation ! মহেন।

মহেন। — বাবু।

শেখর। — ঐ মিংনাসি কয়া ফুংভাইতরে নচলগী লাইরিক অসি নং খরা তাকপিয়ু। নং তামোসিবু তাকহল্লু। ( চংখিবা )

( শান্তিনস্থ রা হায়বা ভমদবা মহেনস্থ রা হোদোকপা ভমদবা অনিমক য়েংনহুনা লৈবা )

শান্তি। — কনাননো ঐবু তাকপিগদোরিবসিবু ?

মহেন। — লৈজরিবসিনি।

শান্তি। — অহুগা কৈদোরবা ?

মহেন। — কৈশু তোদে ; পাবুংনদি শিন্নরম্মী হায়ববু হংবিগদবা মীনদি হংবিদবহুদা ঐস্থ ... ... ...।

শান্তি। — হংজরে তাকপিরোদনা।

মহেন। — ( চংশিল্লকুনা ) হংবিরিবনা করিনো তাকচগদবনা কদায়নো হায়রিয়ু।

শান্তি ।—অসিনে ( লাইরিক ফাকতোক্লুনা খুদোনবী খিনবা )

মহেন ।— ( লাইরিক অদু য়েংলগা ) এঃ—ঐদি য়াম্না লুবা ইংলিস Subject কা ওইরবোই নিংঙি মসিদি পাখং লৈশাবীনা মোনথাংনবা লাইরিক্লিনা ।

শান্তি ।—ইকায়জরেদা । স্কুলদা তম্নববু কমদৌনি হায়বগে ?

মহেন ।—ইকায়বিরুগনু । ডাক্তর কমলগী "মাধবী" হায়বা লাইরিক অসি পাখং লৈশাবীনা য়াম্না পামজে হায়জবগী অর্থনি । মাধবী লাইরিকপু চিংথজবা য়াকম নত্তে ঐদি খাগৎচবনি ।

শান্তি ।—হোই য়া ঙাংবদা লৈথোক লৈশিন হৈ হায়বসু য়াঙাং তাদুনা খংজরে । তাক্লুম তাকপিরো ।

মহেন ।—কদাইদনো ?

শান্তি ।-- অসিনে ।

মহেন ।— মসিগী পেরেগ্রাফ অসিগী ব্যাখ্যা তৌ অসিনিনে ?

শান্তি ।— হোই ।

মহেন ।—মী অদুনা ফনা মতিক মগুল লৈবা মী ওইদুনসু মাগী মগুল অদুবু ফোংদোক্ত্রবদি অমদি খংবিনবা লৈত্রবদি মাগী মগুলদো অরেম্বনি । খংঙব্রা ?

শান্তি ।—খংঙনি । ঙসিদি করিগুম্বা খরদং হংজগে, খুম্বিগদ্রা ?

মহেন ।—ঐ লোম্বোক্তবা মীসু নত্তনা হংবীয়ু ।

শান্তি ।—লাইরিক কদায় ফাওবা তম্বীহৌবগে ?

মহেন ।—ঐ লাইরিক তম্বা লোইজিন্দ্রি পি-ইউ-সিগী ফাইনেল পরিক্ষা পিজরম্নবনি । অদুদগী অম্সুম থোকউ হায়না তমখিবনা ... ... ... ... ।

শান্তি।—খংজরে। অহু পি-ইউ-সিগী Result out ওইখরে হায়না তাই।

মহেন।—অওইবরা ?

শান্তি।—অওইবনি। অহু পাশ ওইরম্বা থোক্লবদি।

মহেন।—ঐ বি-এ তমথজখিগনি লোইবিরবরা হংবিগদবা চৎচরগে।

শান্তি।—য়াম্না থুরবরা ?

মহেন।— ব্রাৎলবসু লৈজখিগে।

শান্তি।—য়ুমদা মী কয়া লৈবগে ?

মহেন। করিগীনো ?

শান্তি। খংনিংহুনা হংজবনি।

মহেন।—ঐবু পোকপা পাবদি হন্দক লৈখিদ্রে। হৌজিক য়ুমদদি ইমা মতোমতা ঙাইরমলগনি।

শান্তি।— অতৈ লৈত্রেকো ?

মহেন। — লৈত্রে অহুগা লংফৈদা লাইরিক তমলিবা ইয়াম্বা অমগা লৈরি মহাক য়োরকলম্বা থোক্লবদি ইমাগা তামোহুগা লৈরমগনি।

শান্তি। — ফরে তামোহুসু লৈরম্মো। অহুগা অতৈ অতোপ্পা নংগা মরি লৈনবা মী লৈত্তেদনা ?

মহেন। — কুপনা হংমনগ্রহুনা ঐ ভাব অমা তাশিল্লক্তরে। ( শান্তি ইকায়হুনা মচিনবান চিকপা ) নত্তে ইবেম্মনা ঐগী মরমদা অমুপ কুপনা হংবিরিবসিবু করিগীনো ?

শান্তি। — হংবা য়াত্রবরাও ?

াহেন। — য়াইএ য়াববুদি। অহুদা ইবেম্মনদি জেল সুপারিণ্টে-
ণ্ডেণ্টকী মচানিনা পুক্লিংদা অকিবা অমা য়াওরক্লবা।

শান্তি। — করিস্ন কিনিঙাই লৈতে। ঙসি নংঙোন্দা হংলিবা রাকম
থরসে হংনিংবা মতম কুইরবনি খুদোং চাবা মতম ফংদবনা
ঙসিদা হংলিবসিনি।

মহেন।—অহুদি ইবেম্মনা ঐবু লুখীরক্লিবা অসি মতম কুইরবজাৎ
ওইয়ে। চাননা কিশিল্লক্লে।

শান্তি। — হাইমা ঙাওবু ঙাওবরা ?

মহেন। — ঙাওরবদি কদায়দগী অকিবা খংগদগে ?

শান্তি — অহুবু করিগীনো হায়বা ?

মহেন। — হায়বদি ইবেম্মবু পোকপা পাবুংনা ঐবু জেলদা থমলি-
ভৈসিদা নংনা অমুক পাবুংদা হায়জিন্দুনা মিয়াৎ শাংথখিগদরা
হায়বা অকিবা অমা পোকচরে।

শান্তি। — মিয়াৎ শাংথরবস্নু করিস্নু কায়দেনা।

মহেন। — করিনো ইবেম্মনা হায়রিবহুবু জেলখানাদা মতম কুইনা
লৈববু মুংঙাইবোই নিংবরাও ? ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা অহিং
অমতা জেল মমুংদা লৈহুনা চাং য়েংবিয়ুদনা।

শান্তি। মদোমদা চৎপ্রবদি রা ঙাংনবা য়াররোই ঐনা হায়বদি
মিয়াৎ শাংথরবদি মতম কুইনা অসুম্না থংনা চান্নবা অমা
ওইনা রারি রাতায় শাহুনা ভোৎন-ভিন্নহুনা লৈমিন্নবা ফংগনি
মুংঙাইগনি হায়জবনি।

মহেম। অহুদা জেল খানাগী রাংমদা লৈরগা ঐগা ইবেম্মগা

রারি রাতাই শাবা ফংলবদি অমুক্তা হেন্না ঐগীসু সুংঙাইবা ওইজরমগদবা।

শান্তি।—অতুবু জেলদগী থোকপ্রগা অসুম্না রারি শাবা ফংনবগী মতমবু পিবিগদরা ?

মহেন।—মতুগী রাদি ইবেম্মা, ঐগী ইগুন থংবিদহুনা তৌবনি, হাকমল্লি কা হেনমল্লে হায়রতুনা ইবেম্মনা ঐবু লৈতুম্না থাহুনা তানবিনিংলক্কনি।

শান্তি।—হাইমা, অতুক হস্থনাকাদি খনবিরুসু কাওবু কাওবিরোই লেংঙক্কনি হায়রবদি মতম পুন্নমক্তা we!l come তৌজগনি। ( মহেন্না শান্তিদা মুন্না য়েংলগা শান্তিগী মখজাইদা খুপাক্লা ইথং থংহৌদনা হেক খাবা ; শান্তিসু করিনো হায়রতুনা মহেন্দা থংয়েং য়েংবা ; মহেন্না মথুবাক্তা য়েংলগা )

মহেন।—য়েংঙু ইবেম্মা কয়াম মথোং চাখিত্রবা থোইনোসে শাংলিবা হৌরিবা হৈ-লৈ অসিদদি তোংহুনা লৈহি চুপকে হায়দ্রহুনা মাগুম্বনসু ইবেম্মগী খজাইদা ... ... ... ...। মথিবোং লাওবগী মথল্লাই লাল্লেদো।

শান্তি —( হায়কেৎ নোক্তুনা ) য়াম্না কনগ্রেদা থোনা ফগ্রেদা।

মহেন।—কনবা থোনা ফবগী রা নত্তে নিপা ঐ অমা লৈ হায়বগীসু হন্না তুনা করিমতা য়েংদনা মাগুম্বগী থোইনাও মানসু ইবেম্মগী খজাইবু তমজরকপা শারিঐ।

শান্তি।—হোয়নে নামতা য়েংবা ইবুংঙো নংগী অনিংবা পাংথোক্কবা হোৎনবদা মী নানি নারোই থংদবা ... ... ... ...।

মহেন। — এঃ অতুবু নাবরনে ?

শান্তি। — করি রানো ইবুঙো মুংশিৎ খজিক্তুং কম্না শিংপা ফাওবদা হায়না হুম্না খাংজবা লৈরাংগী জাৎনি হায়বসি খংবিত্রবরা ?

মহেন —হোই নাবুদি নারমগনি অতুবু চৈনাখোল ঙহাক ফংখিবতুনা ফত্রাও ? করিগুম্বা খোই অতুনা ইবেম্মগী খজাই অতু হৈনৌ অমুনবনি নিংতুনা চিকলম্বা খোক্লবদি হৌজিক ফাওবা ইবেম্মগী খজাই অতু চম্প্রামুক চাওনা পোমতুনা লৈখিনিদো।

শান্তি। — মতুরা ?

মহেন। — ঐনা হায়রিবসি অচুম্বা নত্রাও ? ঐবু থাগৎকেদি হায়ত্রতুনা শাওবিরিএ।

শান্তি। — হোইনে মতুসু নংনা চুমজরো অতুগা নোং ফুঙ ঙানবদগী শকয়েল মিংশেল মাংদা থমতুনা মতম মাংনা কেজ-মৌজতুনা শেমজিন শাজিঙরক্লবা শম-না অসি, ফজরে ইচাই চাইরদনা য়োং মাল্লে।

মহেন।—কদায়দা য়োং মাল্লিবা। চোইনা তাবা শমলাংনা ইবেম্মগী মায়খোংবু কুপশিনখিবদি করিগবু পান্দমনরসিগে অপুংবা ঙনা রানাগী মরুমদা থোকপা পুর্ণিমাগী থাজনা ইকায়নিঙাইগী মশক্লি।

শান্তি। — হৈথরে রা ঙাংবদি।

মহেন। — হৈতবদি চীন পাল্লিবসিবু লৈতেংগীরাও ?

শান্তি। — হোইনে ইবুঙো। ঙমজররোই নংগা রা ঙাংনবা ঐদা চৎচগ্রগে। ( চৎখিবা )

মহেন।— চৎলবরাও ? চাননা চৎপ্রেনেই। হু … হু … হু …
হন্দক ঐনা মতম খন্না ফাদোক তাবসিদি পুন্সিগী অনৌবা মরুপ অমা ফংজরেদনা।

লাইট ওফ

৪ শুবা

য়ুম ( নিলমনিগী )

মফম :—মাঙ্গোল মতম :—অয়ুক

ফজরবা চিয়ার অহুম মরি থারি টেবিলদা লাইরিক অথাবা রেজিষ্টার বইনচিংবা খরসু লৈ নবিন্না মাং থাদুনা মেঘজিৎ চংল কই।

নবিন।—তাঙাং করিমত্তা হঙ্গোইবিগনু চেয়ারলোমদা লেংশিনবীয়ু।
( মেঘজিৎ চেয়ারদা ফম্বা ) তাইবুঙোনা মরম ওইদুনা মনাও-নিপা মহেন্না ফাদোপ তাখি হায়দুনা পুক্লিংদা অমকপা লৈবিগনু।

মেঘজিৎ। — অদুদা ইবুঙো নবীনবাবু, ইবুঙোগী মরুপ উকিলবাবু, অসিদি ফাদোপ তাপ্রিবা মহেনগী ময়াম্বনিদো।

নবীন। — চুম্মীনে ময়াম্বনিনে। অদুবু মনাওনিপা অদুদি মরালগী মতুংইন্না ফাদোপ তাখিবনি, ঐখোয়দি মহাকপু উকিল অমনি হায়দুনা, ব্রানোম্বা লাকচবনি অদুগীসু মথক্তা তাঙাং ঐগী মরুপ জীবন উকিল অসিদি পুকচেল জাং অমনি। মনাও-

নিপা হুরানবা অচুগা মচিল মনাওনি হায়বা ক্ষনানসু খাজ-
রোই। মহাক্তি অচুম্বা চৎপা নিপানি।

মেঘজিৎ। — খংদে খংদে ইবুংঙো ঐদি নংগী পাওতাক মতুংইন্না নৌনা পাশ তৌদুনা থোরকপা ময়াদা মৈ হোৌবা উকিলনি হায়তুনা চংজরক্লিবনি।

নবীন। — করিমত্তা চিংনবিগনু ঐখোয়গী জীবন বাবুনবু ভাঙাংগী কেশ অসি লেপ্পিয়ু হায়বা য়াবিরক্লবদি কেশ ঙম্বদি লৈপাক্তা খুতুমনা শুবনি যাবিরকপদা লাই খুরুম্মু।

মেঘজিৎ। — কেশপু ঙমগনি হায়রবদি শেলগী ব্রাদি ব্রাইগুন্না চাইথোকচগে অচুগা ঙমদবা থোক্লবদি ইয়াম্বসু শিবা কিবা মী নত্তে ঐদি হৌজিক্কা রামাং য়ালহৌরিবসিনি ইচিন ইনাওসু কয়া হুঙাইনরোই।

নবিন —ওন্থোক ওন্থোকপা ভাঙাংগী মাংননববু ননাওনা শিনজবা হৌনদেদা।

( জীবন শাওরুংননা ব্রা ঙাংন-ঙাংন থোরকই )

জীবন।—ব্রদি তাইপিস অচুনা হৌজিক কাওবা লাকত্রিবনিসে।

নবীন।—Good Morning জীবন বাবু।

জীবন।—Good Morning নবীন বাবু। করি থবক্কীনো?

নবীম।—ঐনা ঙরাং হায়জরম্বা কেশ অমগী ... ... ...।

জীবন।—ও খংজরে। চেয়ারদা লেংশল্লো চাকা ফানখিসি।

( ফাইলনচিংবা য়েংবা )

নবীন।—( চেয়ারদা ফম্লগা ) নত্তে, জীবনবাবু মাথা য়াম্না শানা উজববু ... ... ... ...।

জীবন।—হেয়া, নবীনবাবু ঙসিগী কেশতা পুগদবা চে-মুং খরা তাইপ তৌগদববু তাইপিস অহু হৌজিক ফাওবা য়োরকত্রে অহুগীনি। নত্তে বাবুনা হায়ববু করম্বা কেশ ওইরবনো ?

নবীন।—বাবু, তাঙাং অসিগী কেশনি। তাঙাং, তাঙাংনা হায়বী-গদবা মরম পুম্নমক অদো হায়বীরো।

জীবন।—কনাগা করি তৌনরবগে হায়বীয়ু।

মেজিৎ।—( ফুরিৎখাওদগী গোল্ড ফ্রেক উপু অমা লৌথোক্লগা টেবিলদা থম্বা ) চুরুট ফানবীয়ু।

জীবন।—( চুরুট লৌন লৌন ) হায়বীয়ু হায়বীয়ু।

মেঘজিৎ।—ঐনা হন্দক লৌ পরি অমা লৈজবনি অহুদা মরি মথোং খর শেংঙমদরে অহুগী মরমদা উকিলবাবুদা তানজ-নিংহুনা ... ... ... ( ফুরিৎখাওদগী চে লৌথোক্লগা ) চেমুং অসি নহানমুক লেপ্লখিবগীনি। মসি য়েংবিরগা ভাব লৌইনা তাবিগনি। ( চে লানশিনবা জীবন্না লৌরগা য়েংবা )

জীবন।—অমুক লেপ্লবগী তারিখতি ঙসি মরিনি রাৎলিদনা।

মেঘজিৎ।—হোই বাবু। ধর্ম্ম য়েংহুনা হায়জরবদা ঐদি ইরল-তিংহুনা লৈজরুবনিনা থরাই অসি ওম্থোক্লা মুঙাইখিত্রে। চাবা তুম্বা য়াত্রে। ইবুঙো বাবুম্ন খন্দুনা য়েংবিয়ু লরাই থরাই পুম্নমক্কী লৌফম পুম্নমক লাঙোল থাবা হৌনপ্রবনি। মসিদা কেশ তৌরি হায়রুনা লৌ পরি অনি অসিবু অরেম্বদা শিংলবদি ... ... ...।

জীবন।— হোইনে ফৌ চেং অমুক তাংলবা মতমসিদা মমল য়ামপ্রবা লমনি।

মেঘজিৎ ।—হন্দক ইবুংঙোনা লেপ্পীবসিদা লোইশিনবীনবা তৌবী-রবদি ইয়াম্বনা মতিক ওকপা সেবা তৌজগনি।

জীবন।—ফয়ে ভাঙাং ঙসি লুপা ১০০ দং থনমখো ঙসি হয়েং অসিদা ইগদবা লাইব্রিক লাইশু পুন্নমক লোইথোকলম্লগে হংচিৎ অমুক লেংঙকউ।

মেঘজিৎ।—ফনি ( ফুরিৎখাওদগী শেল লৌথোকপা )

জীবন।—করি হায়বগে নবীন বাবু ?

নবীন।—ঐঙোন্দা অমুক হংবীত্রবসু জীবন বাবুনা ফননবা লোইনমক শিনবিরগদবনি।

মেঘজিৎ।—লুপা ১০০ নি শুরবরা অমুক্তা য়েংবীয়ু।

জীবন।—( শেল থিরগা ) শুরে।

মেঘজিৎ।—অদুদি ইয়াম্বা চৎচরগে।

জীবন।—চা কানথিসি।

মেঘজিৎ।—ইয়াম্বা তৌজররোই। দুকাল হাংবা মতম য়াম্না থেংথরে। ইয়াম্বা চৎচরগে।

জীবন।—হায়রিবসিবু ... ... ... ?

নবীন।—ভাঙাং অসে বাজারদা সাইকেলগী দুকান য়াম্না চাউনা ফমজিবনি।

জীবন।—ও !

মেঘজিৎ।—অদুদি ইবুঙো নবীনবাবু ... ... ...।

নবীন।—লেংঙো ভাঙাং। ( মেঘজিৎ থোকখিবা ) জীবন, কদাই ? ( মখুৎ ভিংথোকপা )

জিবন।—করিনো ?

নবীন। — পংশিন্নরবরা ? কদাইনোনে ঐগী শেয়ার ?

( মতম অসিদা কমলা য়ান্না কেনা খোরকই )

জীবন—শে নংগী শেয়ার। ( লুপা পিবা )

নবীন।—কয়ানো ?

জীবন।—থারতিনি লৌশিল্লো।

নবীন—শুপ্নগী অতুত্তা ? খংঙু, জীবন, ময়েক্কীদি মতম পুম্বদা নংগা ঐগদি ৫০।৫০ ওইগদবনি।

জীবন। — মতু ঐ খংদবা নত্তে। অতুবু ঙসিগীদমক্তদি মসি লৌশিল্লু।

নবীন।—ফবে ঙসিগীদমক্তদি ঐ লৌরগে। অতুগা মতু'দা ঐনা পুশিল্লকপা কেশ থুদিংমক ... ... ...।

জীবন। — ৫০।৫০ করিমত্তা কায়রোই।

নবীন। — হেক কায়বদা নং অসি নক্রি উকিলনি হায়বসি ঐনা ময়ামদা খংহনগনি। ( লুপা লৌবা )

জীবন। — নংগী প্রপোগন্দা নংগী কেনভাসনা ঐনা শেল ফংলিবনি হায়বসি খংদবা নত্তেনে নবীন।

নবীন। — মতুবু পুন্সিদা কাওদ্রবদি নং ঐ করিমত্তা কায়নরোই।

কমলা।—অতুগা ঐগসু কায়নবা পামদ্রবদি ঐগীসু সেয়ার কদাই।

জীবন —নংগীদি করিগী সিয়ার ?

কমলা।—চাথুম লৈরং মৈ মুত্তনবা।

জীবন।—Oh yes. শে নংগী শেয়ার লুপা ৩০ অসি লৌশিল্লো।

( কমলাদা লুপা পীবা )

নবীন। — সৈত্য, Sister কমলাগী ব্রা অসি ওম্বোল্লা চুমথ্রেদা চাখুম লৈরং মৈ মুৎত্রিবা ফাওবদি য়ুমগী নিপা নিপীনা কৈদৌনুংদস্থু খৎনরোই কায়নরোই লৈরং মৈ হেক মুৎপদা মপুক য়াওত্রবা হাংলবা চক্ষু উয়ালনা লৈরংদগী থরো থরো ওম্বরক্তুনা ব্রাইনবগুম য়ুমগী নিপা নিপীসু ব্রাইনরক্কদবনি।

জীবন।— হিয়ার ! হিয়ার ! wonderful speech. ( খুবাক খুবা ) কমলা, ঙসিদি রৌ থোংঙম্মু। নংগী ঙরাংগী মিলারকাপ অহুদি ওম্বোল্লা হাওখিত্রে।

নবীন। — অহুদি ঙসিদি য়ুমগী চাক হায়দোকলুবা তারে।

জীবন। — Sure ! Sure !

কমলা। — অহুবু বজার চৎলুগদবসিবু ... ... ...।

জিবন। — ইমাদো ঙহাক চৎলুচো হায়ম্বু।

কমলা। — নহাক্কদি অহু হায়রিবা ! ইচু খংদবী হনুবী মানা চত্তুনা করি ঙা অহাওববু লৈরক্কদগে ?

নবীন।—অহুবু অস্নুক কুইনা ফম্বসিবু থৌনাও চোৎননবা করিগুম্বা অমতা।

কমলা।—করিগী তৌদদগে। ইচু খংদবী হনুবী অমগা লৈমিন্নবসিদা ঐস্নু ইজৎ য়াম্না মাংঙক্কদৌরিএ। ( হোগৎলগা ) নত্তে অবোক ! চাহুবু লোইত্রিবরাও ?

জীবন। — নত্তে ইমানা হোৎনরিবরাও ?

কমলা। — নত্রবদি কনানা হোৎনগদগে ?

জীবন। — নংদি করি তৌরে ?

কমলা।—এঃ রাসিদি। ফরে নামা শক ফজবীসিনা চা-মুং লোনবা চাক ঈশিং থোংবসি য়েংবা ঙমত্রগা চা-লোন্ননবা মী অমা চাক থোংননবা পুজারি অমা থম্বীরো। ঐরা অসিগুম্বা অমোৎ-অকায়গী থবক অমা দাই লৈতে।

নবান।— ইমানা থবক ইনথাং তৌবদা য়েংবা ঙম্বীত্রিবা জীবন বাবুসু লান্দে অত্থুগা Sister কমলাগুম্বা ভদ্রমহিলা অমনা অসিগুম্বা অমোৎ-অকাইগী থবক তৌনিংদবসু করিমত্তা লান্দে।

জীবন।— কমলা নংগী রাসিদি নং ঐদা লৈরবা মতমদদি ঐনা পুম্নমক তৌবা তারিবরা নত্রগা চরা হেন্দুনা লৈগত্রা ?

কমলা।—ফিভম অত্থুসু করিগী ওইগদগে। নহাক্না ঐগা লৈমিন্নবদা ঐনা নিপীনি নিপীগী মথৌদি নিপীনা তৌগদবনি।

জীবন।— অত্থুবু কমলা, ফরবসু ফত্নবসু ইমাসে য়ুমগী অহলনি নংনা মাগী মতেং থর থর পাংবা কৈ।

কমলা।—হোই লমলানবী ঐবু মিরাইত্থুনা অপোকপী মমাগীদমক্তা মচানা খনবা হায়বসে হৌনশানি কবি হায়বগে নবীনবাবু।

নবীন।—নত্তে নত্তে রা অসি য়াম্না point touch তৌনা ঙাংনরক্নে অত্থুনা খ্বাইদা ঙম তেনশিন্নরসি।

কমলা।—চা-থ্থুবু লোইত্রিবরাও ?

জামিনি।—মঙ্গুংদগী লোইরে লোইরে ইবেম্মা।

কমলা।— ( শাওনা ) লোইরে লোইরে! ওম্মোকপা লাইবক্লি কদায়দগী করম তৌনা তিন্নররিবা। লোইরে হায়বসিনা পুং ৭০০ থোরকলোইদবনি। নাপংবী হত্থুবী ওইনা তৌরক্না।

জীবন।—কমলা! মীনা হায়র হায়রগা।

কমলা।—মিংলি নাবা মীশিং অসিগী মতৌ উরগা ঐদি চিল অসি ফাবা ঙমলোইদৌরি ঐবু য়ুমসিদগী চংহল্লোরো হায়বরা?

নবীন। — করিনো করিনো অঙাং মান্নরেদা। কায়নবসু ঙম্মোই-দবদা। তু ইমানা চা পুরকএ। ( জামিনি ট্রে অমদা চা কপ অহুমনে চানবা থরনে পুথোরকই )

জীবন। — করিনো ইমাসু চা কপ ৩।৪ দং লোনবদা পুং ৭০০ চংবসিবো।

জামিনি। —( টেবিলদা চা থমনা থমনা ) ষ্টোব অদো কেরোসিন য়াওরমদতুনা টিনদগী কেরোসিন খাই-খোৎতুনা হোৎনবদা মতম থরা চংখরে।

কমলা।—ষ্টোব কেরো'সন য়াওরমত্রবসু ফুংগা মৈ হৌগৎলগা কোক হেক লে'ল্লকপা য়াত্রবরা? মতুসু মিৎ-নাদ উকুল রাইফুল মৈথু, চংগনি হায়তুনা তৌনিংদবা নত্রদো?

জামিনি।—নত্তে নখোয় পুন্নমক শাও'রিববু ইমানা চা লোনবদা কয়াম খিনগ্রবগে?

জীবন।—ইমাকা হায়গনু। নচা হেক পোকপা হুরানবা জেলদা লৈঞ্জিবতুনা হায়বা খোৎপা ওইরবদি হায়বগা পুথোরকপগা চপ মান্নরমগদবনি। ঐনা হায়ববুদি কদাইদগী থওইবিগদগে ঐদি নপুক্তগী তাবা নচাদি নত্তেদো।

জামিনি। — জীবন! জীবন, ইমানা নংবু ইপুক্তগী তাবা ইচা নত্তে হায়তুনা খল্লক্ত্রিবনি পুন্সিদা থনসু খল্লোই অহুগুম্বা অরানবা

রাখল খন্দুনা ইমাবু নিন্দা তৌগনু। নহাক হায়বা মহেন হায়বা ইমাগী ইকমদদি অমত্তনি। ইম'না ঙসি ফাওবদা নং অমদি ননাও মহেনবু হুমিং থা য়েংবগুম য়েংতুনা লৈজরিবনি।

জীবন। — হুরানবা অত্তুবু ইনাওনিকা হায়বীগনু।

জামিনি। — জীবন।

জীবন। — মাগা ঐগা মরি করিমত্তা লৈনদে।

জামিনি। — করি, জীবন অত্তুম্না হায়বা হৌনবরা? নংনা লো পরীক্ষা পীননবগী শেল থুম থিবা হোৎনবদা মরাইবক থিবদগী হুরানবা মীংথোল ফংগ্রবা ননাওত্তুবু অত্তুম্না হায়বা হৌনবরা নংগী নচিলদগী অত্তগুম্বা রাঙাং তাগনি হায়বসি ইমানা মংদা ফাওবা খল্লমদে। কৈ, নংগী ধর্ম্মনি। ঐনা খল্লম্মী নংনা লো পাশ তৌত্তুনা পোররুগা উকিল ওইরগা ননাওবু মী ওইনবা শেম্বীগনি হায়না অত্তুবু থাজদ্রে, নংগী রাঙ'' শাঙাং তাবদা পুন্নমক অরেম্বা ওইরগনি হায়না ইমানা লৌবা ঙমদে।

জীবন। — উম মতুমক লৌবা য়াই। নবীনবাবু চা ফান্নু।

কমলা। — ( চা থরুগা কামথোক্তুনা ) সিবু করি চানো। ( চা কপ পাযত্তুনা জামিনিগী মমাই তম্না চা হৈদোকপা চা লুখারা জামিনিগী মমাই চোৎপা )

নবীন। — করি তৌরবগে ইবেম্মা?

কমলা।—নবীনবাবু চা ফান্দুনা য়েংবীয়ু। জঙ্গলীয়ানা থক্কদবা চানি।

জামিনি। — ( খম্মোয় শোক্কা ) কমলা, ঐ অসে কর ফত্তবসু ননেমনি। — নংগী নপামদা নংবু পোকপীনা কোল্লকপগুম

ঐনা মফমসিদা নংবু পুন্সিগী কোনগদৌরিবনি। চাহু ঐনা লোনবদা শোইখিহুনা থকপা য়াত্রবস্থ অহুম থন্মু চামরকস্থ লোল্লক্লনি অহু ইনৎ নন্তুনা নংগী চা লুখাক্লা নমাগুল্লবী ঐগী মাইদা হৈজিনবা।

কমলা।— কনানা খংজবগে থকপা য়াদবা চা অহু লাক্তুনা হুন্দোকখিবনি।

জামিনি।— ইনেমদি অহুম্না চাওথোক্লা খুম্বা ঙম্বগী পাঙ্গলস্থ লৈজদে। অহুবু মসিমদি খঙঙু লাইগুরুজন মশক-খংদবা থকশিখাসি নাংদবা মী অহুদি কৈদৌহুংদস্থ অফবা মী অমা ওইরোই।

কমলা।—হোইনে ঐবুদি ফত্তবী ওইজরগে। অহুগা হুরানবা পোকপা মমাহুদি য়াম্না ফবনি।

নবীন।— নত্তে নত্তে রা মথা তানবীরগনু। কৈরোই লৈকাইগী মমাংদা ফজদে। জীবন বাবু ঐ চৎচরগে। ( জামিনিনা কপ হুং লোইশিনবা )

জীবন।—লেংথোকমিন্নরসি।

কমলা।—নবীনবাবু থাদোকপীখরো। ইবুঙো ঙাইবিখো।

জীবন।--করিগীনো।

কমলা।—রা লৈ। নবীনবাবু লেংবীরো।

নবীন।—ফনি। ( নবীন থোকখিবা ) করি হায়খিগদবা লৈবগে?

কমলা।— রা হায়ববু করিস্থ নত্তে। অসুম্না ঈশিংগা থাওগা তিন্নবগুম মোট তিন্নদনা লৈমিন্নগদবগী শরুকপুদি ঐরা মীরা অমদি য়ুমসিদগী তোপ্না লৈখিবনা ফরোইদরা?

জামিনি।—করিরানো ইবেম্মা নংনা হায়রিবহুবু ?

কমলা।—অদোমদা হায়জবা নচ্চদে। ঙাংবিরক্নু। তারিবরা ঐনা হায়রিবসে। অসুম্না লৈমিন্নবা তারবদি ইমুং অসিসু শান্তি লৈররোই। হায়নরি শান্তি লৈত্রবা য়ুমহুদি লক্ষ্মীসু চেনদে হায়না।

জীবন। — ঐবু করি হায়য়ু হায়রিবনো ?

কমলা। — হায়নিংবা রাদো হেক্তা হায়য়ু শক মায় য়েংবীগনু। ঙমগদবদো হেক্তা পাংথোকউ। ঐরা মীরা অমদি ইবুঙোগী ননাক্তগী তোপ্না লৈবা তারে।

জামিনি। — কমলা, নংনা হায়রিববু ঐগা লৈমিন্নবসি নং পামদ্রে নত্রা ? অহুবু করিগীনো ? নংনা হেক য়ুমসিদা লৈঙেদগী ঐনা অহলনি হায়ছনা নংগী নপুক নাবা করম্বা থবক তৌগ্রবগে নাকোং রাই চিনবা করম্বা রাঙাং ঙাংগ্রবগে ?

কমলা।—রারেম থোরেমদো তাঙনিংদ্রে। ( জীবন্দা ) নত্তে নূংগী মুত্তিগুম তুম্মীন্না লৈবীরিবসিবু করিনো ?

জীবন। — খল্লিবনি।

কমলা। — করি খল্লিবগে ? পুং কয়া থনখিগদৌরিবনো ?

জামিনি। — ইচাগী কোক চাঙনবা মমা ঐগী মমাংদা অহুগুম্বা রাবু হায়বা হৌনবরা ? করিগীনো নংনা অহু য়ৌনা ইনেমবু জুংশিত্রিবা। ঐনা য়ুমগী অহল অমা ওইরবসু অসিনা ইথা থাবনি অসিনা ইথক থোংবনি হায়বা করিমত্তা খায়দনা কনাবুসু ঙাইনবা লৌতানবা লৈতনা ইখোঙ লৈপাক তাদব-

মখৈ ইমুংগী থবক থানা পুম্নমক নোমজিবনি। মসিদা করি পেন্দবা করি ননিং থুংদবা লৈতুনা অতুগুম্বা য়াবু হায়বা। করিগীদমক্তা মমাগা মচাগা কায়ননবা শিল্লিবনো? নিপী অমা ওইরগা নিপীগী অয়াবা করিগী খংদবা।

কমলা। — হোই হোই ভাংবা হৈরগা চিন কল্লগা অচুম্বা শকপগী মতমনিদনা।

জামিনি। — মতুগী য়া নত্তে ইবেম্মা ইনেমনা হায়বসিদা করি অয়ানবা লৈবগে অয়ানবা য়াওরবস্তু হেক্তা হায়য়ু। উম খংলে ইনেমনা লানবা হায়ববু ঐনা য়ুমসিদা অহল অমা ওইনা লৈরবনিনা নংনা পাম্বা ইয়াং ফালাংগী থবক্তা অপনবা অমা ওইরমগনি। অসি মঙাইরে ঐনা সিদা লৈবদা ননীং থুংদবা হায়ববু।

কমলা। — মতুদি য়াম্না চুমখরে। চুম্মী হায়তুনস্থ ঐনা য়াম্না ইয়াং ফালাং পাম্বগী য়া নত্তে। মতমগী মুংশিৎ ফংদবা থাইনগী কাংখ থাংগুম খুমুংগী মোং চৎপা অবোক্তা ঐগা লৈবসি কয়া চুনদ্রে।

জামিনি।— মতুরা? অতুবু কমলা, লৈবাক অসে মৈতৈ লৈবাক্নি। নহাক অসি গৌহাটিদগী লাকপা ওইরবস্থ মৈতৈ মুজা অমনি। মৈতৈ মুপী অমনা য়ুমগী মৌ ওইরগা মপান পংথোক থোকপা ইয়াংগী য়াথলদা খনবসে মৈতৈ লৈবাক অসিদদি চৎনদে। অতুনা লৈরু-লৈরুরিবা লমতুগী চৎনবীস্থ খয়া ভাক্না চৎপা ভাই।

কমলা। — ফরেনে, লমসিগী চৎনবীগী-ব্রাংমদা চৎপা পাম্বী ঐদি য়ুম অসি থাদোক্তুনা ইপামদা চৎখিবা তারেদনা।

জীবন। — কমলা।

কমলা। — ( কপশিন্নহুনা ) কৌবিরকনু। পুক ফত্তবী মী তিম্ননিং-দবী ঐদা চৎচগ্রগা লোইরে। ইখোং পাল্লি। নিপীনী হায়হুনা গৌহাটি তান্না চৎপা ঙমলোইদবোই নিংবর ?

জীবন। — নংবু কনানা চৎলু হায়রবগে ?

কমলা। — হায়দ্রবসু খংজরে। নংগী য়ুমগী নিপীনি হায়না খনবীরবদি করিগীদমক্তা ঐনা পাম্বহু পাংথোকপীদে।

জীবন। — নংনা পাম্ববু করিনো ?

কমলা। — অমুক হায়খিগদরা ? খংনা খংনা পংশিন্নবা লৈবী-হৌরো ঐদা চৎচগ্রগা লোইরে।

জীবন।—নং চৎপা য়াদে।

কমলা।—অহ্ ওইরগা ঐনা পাম্বহু পাংথোকউ।

জীবন।—ইশে।

কমলা।—ইশে নত্তে, নিপা থোকপা ঙমদ্রগা ঐবু থাদোকপিরোনে।

জীবন।—থাদোকপা য়াদেনে। নত্তে কমলা নিপা মুপী লোনা লৈনববু শান্নপোৎশুন্না খনবা য়াবরা ? হায়রোনে নংনা অপাম্বদো হেক্তা হায়রো ঐ পাংথোক্রগেনে।

জামিনি।—জীবন ইমাগী ইবুংঙো, ইমানা নংগী পুক্লিংসু খংবা ঙমলে অহুগা কমলানা পাম্বসু খংলে। মমা অমা ওইরগা মচাগী কোক শাহনগদবা নত্তে মচাদা অন্নাবা পিগদবা

নত্তে। মচাগী মুংঙাই য়াইফনবা মপুক্লিং থুংননবা থনবনা মমাগী মথৌনি। অদুনা ঐনা নংগী ননাক্তা লৈরবদি মতম-চুপ্পা নংগী নকোক চাওরগনি। নৌনা সংসারদা খোংদারকপা নখোয়নি ঐনা মরম ওইদুনা নংগা কমলাগা কায়নবদো মীগী মমাংদা থোকহল্লিংদে অদুনা ইমা য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎলগে কমলাগী মনিং থুংজরসনু হায়ববু করি হায়বগে ?

জীবন। — হোই-ঐসু হায়কম থংদরে। ইশা ইশানা থংনা চৎনদুনা কায়নদনবা শিনবনা ফরগদমাল্লে।

জামিনি।—অদুনবু ইমানা চৎলগে হায়রিবসিনি। নখোয় অনিগী নৌনা ইনথৎলকপা আশাগী ময়োল কয়াদো ইমানা থুদেক-নিংদে। ইমাগীদি নখোইনা মুংঙাইনা তেক্তা কায়দনা নপুল্লি লেনবদু উজরগা ইমাগী মুঙাইবা ওইজগদৌরিবনি। অদুবু জীবন চত্রিবঙেদা ইমা রা অমদি হায়রমগে নংবু ইচেম অদুনা নংবু পোকলম্মী হায়বত্তনি নং অসে ঐগী ইনমদা চাওরকপা ইচানি অদুনা ইপূক্তগী তাব ইচাদগী হেন্না লুনা মুংশিনা য়োকচরকপা ইচানি অদুনা মতম পুন্নমক্তা লাইবকথিবী নমা ঐ অমা লৈরি হায়বসি কাওগনু। নংনা থাপনা লৈহৌরবসু ইমাগী পুক্লিংদদি ইথাদা চেৎনা কোন্দুনা তুমলি হায়না ইমানা মতম পুন্নমক্তা থনজগদৌ-রিবনি। কমলা, ইনেম চৎলগে নবুঙোগী সেবা থরাই য়াওনা তৌকো।

কমলা। — হুম ( মচুথা পৈথোকপা )

জামিনি। — জীবন ইমা চৎলে। লৈহৌরো। অদুগা ইমানা

নঙোন্দা রা অমত্তুদি পাওমেল্লমগে ননাও অচুনা জেলদগী থোরক্লগা মাবুত্তদি চংজফম পিনবীয়ু পুন্সিগী কোনবীয়ুকো। ইমা চৎলে। ( চৎখিবা )

কমলা।—ইশ হন্নুবী চৎখিবসিদি থোং খুৎ অসি পুন্দুনা থনম্বদগী থাদোকপগুম রাই ইশং হেক শংঙিদা। ( জীবন্দা ) করি ত্তৌরবগে, অপোকপী চৎখরে হায়ত্নুনা চিন্তা তৌবিবরাও ?

জীবন।—হে হে কবিগী চিন্ত ! ঐগীদি নংনা লেংদ্রগা লোইবে।

কমলা।—হোইনে লাও চৎশি ঙসিদি কৈথেল কামিন্নরুসি থরাইনা পাম্বা লৈরুসি। লাও চৎলশি। ( জীবনগী খূদাং পাইবা )

লাইট ওফ

৫ শুবা উৎপা

জেলখানা—জেল সুপরিন্টেন্দেন্টকী কানি, শেখর চেযার অমদা ফমত্নুনা লৈবম্মী, মনাক্তা রাদর অনি অহুম লেপ্তুনা লৈরম্মী।

শেখর। — মনি।

মনি। — হাজুর।

শেখর। — মহেন কৌবা ফাদোপ নম্বর ৪১০ অহু কৌরুচো হায়বহু চৎলুববরা ?

মনি। — ননাই চাউবা থাজখরে লাক্লগনি। হাজুর, মহেন হায়বা নিপা অহুগী মিযাৎ লোইরে ঙসি থাদোক্লগনি হায়বহুবু অচুম্বরা ?

শেখর। — অচুম্বনি ঙসি মহাক চৎল্পগনি।

( মহেন মকোই মুরি মুরি খর হৌই মশম মনা খর শাংলে ফাদোপকী ফিজেৎ থাদোক্নুনা চংলকই )

মহেন। — শলাম বাবু।

শেখর। — মহেন লাও লাও। ঙসি নহাক মফম অসি থাদোক্ল-গদবনি। ফম্মু চেয়ারদা।

মহেন। — য়ারনি বাবু ফমজরোই।

শেখর —হাই অঙাওবা। ঙসিদগীদি নং ঐ করিস্সু খেন্নদরে। ফম্মুনে চেয়ারদা। ( মহেন ফম্মী ) চা কা থকখিসি। হাই মনি, জেল কান্টিন্দগী চা অনিদা লৌক্ল।

মনি।—ফর্নি।

শেখর।—আ নখোয়স্সু থকনিংলগা খরা হেন্না পুরকউ।

মনি।—হাজুর। ( চৎখিবা )

শেখর —তাও মহেন, জেল মনুংদা লৈরিবা মী পুম্নমক অসে ঐগী মরুপ ওাক্লনি। মতম কুইনা তিন্নরুবস্সু তরানি মঙানি তিন্নরম্মেদো। অদুনা ঙসি নংগা ঐগা কায়নরমদাই অসিদা ঐগী তরফতগী চা কপ অমমমতংদি থকমীগ্নখিসি। করি হায়বগে ?

মহেন।—বাবু। ( মতম অসিদা মপালরোমদগী শান্তি চংলকই )

শেখর।—তু উরবরা। নং ঙসি জেলদগী থাদোক্লনি হায়দুনা ঐগী ইচা শান্তিনা নংবু ওকপা লাক্লি !

শান্তি !

শান্তি।—পাবুং।

শেখর।—লাও লাও। হাই তোম্বা থোং থরা হাংদোকউ। ( তোম্বনা থোং হাংদোকই শান্তি মঙ্গুংদা চংঙি ; তোম্বানা থোং অমুক লোনশিল্লি ) ফম্মু চেয়ারদা। নং মহেনবু ওকপা লাক্লিবরা ?

শান্তি। — উম। মহেন, ঙসি জেলদগী থোক্লনি হায়রবদি নকোই, নরাংকাদো খর কোকথোকপা য়াদবরা ?

মহেন।—মসিনা ফত্রাও ? মতম কুইনা ফাদোক তারুই খংননবনি। ( মতম অসিদা মনিনা চা থরা ট্রেদা হাপ্তুনা পুশিল্লক্লগা টেবীলদা থম্মী )

শেখর। — চা থকউ মহেন।

( শান্তিনা চাশিং অত্তু য়েনথোকপা. ইরোই লোইবদা মহেন্দা পিবা )

মহেন। — ঐগী শরুকসু য়াওরিবরা ?

শেখর। — আই শান্তি, মহেন্দদি হান্না পিত্রদনা ইকোন কোন্না পিরিবোইরে। মাগীদমক্তা কৌরিবা চানিনে, মহেন, Don't mind. চা থকউ।

মহেন।—বাবুগুম্বা মীশক অমনা জেল সুপারিটেন্দেণ্ট ওইবা অসিদি মাগী মাগী মিয়াং লোইদুনা জেলদগী হেক থাদোকখিবদা অনৌবা পুন্সি অমমম হোংগনি হায়না আশা তৌই।

শান্তি। — অনৌবা পুন্সি হোংবা।

মহেন। — অওইবনি শান্তি।

শান্তি। — অতুদি নহাক জেলদগী থোকপ্রগা পাবুং অমদি ঐবু কাওথোকপা তারেনে।

মহেন। — করিগী ?

( মথোয় ময়াম চা থক্লিজৈদা চাক্লিবা অমা ইশৈ শক্তুনা চংলকই )

ইশৈ

থাদোক্নে ঙসি পোনগী চেক্লা
ঙমলনি পাইজবা মনিং তম্না
হাংলবা অতিয়া শিনবা থুংনা।
মতারোই মপিজা চেক্লানা
ঙাইজরি হরাওনা পোনগী রাংমদা
চেক্লা অনি চিম্পিন্ননা
তোংলতুনা পামেলগী ফৈরাথক্তা
কোলোই পাওমেন্নরগনি
নোক্নে ঙসি চেক্লা অনি
হয়েংদি করি ওইগনি কাওগনু চেক্লাচা
অরেপ্পা লৈতবা সংসারনি।

মহেন। — বাবু ঐ চৎচরগে ?

শেখর।—চৎলো, তোম্বা থোং হাংদোকউ। ( তোম্বানা থোং হাংবা ) শে নংগী নক্তি নরোল ( ফি ময়োম অমা পিবা ) অতুগা লুপা ৫০ অসিগা লো।

মহেন।— করিগী লুপানো ?

শেখর।—হৌনবনি ; লৌশিল্লু ( লুপা পিবা ) চৎলো চৎলো। শান্তি।

ং।—পাবুশান্তি।

শেখর।—নং কার পুরকপরা?

শান্তি।—পুরকই।

শেখর।—অতুদি, মহেনবু মযুম ফাওবা থিনবীরু।

শান্তি।—হোই; চৎলসি মহেন।

মহেন।—ঐ খোংনা চৎথ্রবস্‌ য়াগনি।

শেখর।—নচলবু ঙহাক্তং থিলহল্লম্মু কৈদৌবগে। চৎলো, চৎলো।

( মহেনগা শান্তিগা থোং মপালদা থোরকপা তোম্বনা থোং লোনশনখিবা )

শান্তি।—পাবুংগী মমাংদা ঐবু য়াম্না থিলহননিংবা তাহল্লিবনিসে চাদা শিন্না চখোমজাওসিদি ( মহেনগী মপাম্বোদা খুজপ্পীনা চপ্পা )

মহেন। — ( খংপ্রেক খংনা ) ইশ অয়ো।

শেখর। — কৈদোরে? হা কৈদৌরবগে?

মহেন। — আ বাবু, চুম্না খুদি থিবনি।

শান্তি। — Thank you।

( চাক্লিবনা মহেনগী মনাক্তা চংঙক্লগা )

চাকনিবা। — বাবু, ঙরাংদগী করিমতা চাবা ফংঙক্তরে ভিক্ষ্যা খজিক্তা।

( মহেন্না ফুরিৎখাউদগী শেল লৌথোক্লুনা পিবা চাক্লিবা ইশৈ শক্লুনা চৎখিব )

ইশৈ

মহেন। — শান্তি, নং ঐ হৌজিক খংন-চান্নরিবা অসি খাঙথকী মরুপ তারক্লুনা হয়েং মতম অমদা নহাক কায়নবগী মৈশা

লাংবা তারবদি ঐহাক ঙাওছ্না চৎকনিদো হায়য়ু শান্তি নহাক ঐবু ... ... ... (শান্তিনা মহেনবু মচিল মেম্পগা শেখরলোমদা মিং থমলগা)

শান্তি। — মসিবু ঙাওবু ঙাওরব্রা পাবুং তারয়নি চৎতুম চৎশি।
(চৎমিন্নখিবা)

**লাইট ওফ**

ওশুবা উৎপা

য়ুম (নিলমনিগী)

মফম:—মাঙ্গোল মতম:—অয়ুক

(জীবন রাখলনা মকোক ঙাওরছুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈরম্মী, কমলা ইমুংদগী থোরকই)

কমলা।—রাখলদা অসুম খন্দুনা লৈবনদি করিমত্তসু অরাবা কোক্লরোই। ঐখোয়না তৌগদবা থবক অমা হেক্তা পায়খৎলসি।

জীবন।—করি থবকনো ঐনা পাইখৎকদবসিবু ?

কমলা। — কায়দে ইবুঙো লৌ-শিং য়োনথোক্লগা মীগী লমন-থুমন কোকথোক্লবা হোৎনরশি। নোং ঙানকাৎত্রিভৈদা থোংজিন্দা মীনা লেপ্পবা অসে কৈরোই লৈকায়গী মাংদা মাই অসে পুবা ঙমজদরে।

জীবন। — মছুনা কয়গনা ?

কমলা। — চয়া হেল্লবস্থ ইংনা চিক্না শাক্তিদা লৈবা পামজরে। উকিলনি হায়রুনা মিংদা ঙাইরে নগুন খংলবনিনা কনাশু ৱানোম য়ুনোম্বা চংবিরক্তে।

জীবন। — নংনা পঙাংদা ঙাংঙি ঐস্থ শেল থোক্লনবা লম্বী য়াম্না থিরিবনি। ঙসিস্থ নবীনগা ঐগা খুল অমদা চৎসি হায়না ঙাংনখ্রিবনি।

কমলা। — শেল হাৎপা চৎকদৌরিবা ?

জীবন। — ৱাঙাং থিগ্রেদা নংসে।

কমলা। — পামজদরে। তরানি ঙা থোংবা চারগা কুননি শুবদা মীনা থোংজিন্দা লেপ্পাবদো।

জীবন। — অত্বু নঙোন্দদি থৌরদেনা ?

কমলা। — মী খ্বায়গী উকিলদি মীনা উনগদবগী কোইতান তাম্লে অত্বুগা নংদি কদাই নং উনগনি খনবদা লম্বী নাথৈত্বুনা লোত্তুনা লৈরে।

জীবন। — তৌহ্নুনে কমলা অত্বুগুম্বা ৱাঙাং শাঙাং অদো। য়ুমগী নিপীনি হায়দে নমাংদা মাই অসি পুবা ঙমদেনে।

কমলা।—( শাওনিংবোই, নোক্লিংবোই ) ইকাইবস্থ খংঙিবোইরে।

জীবন। — ঐ শলমক্তি নত্তেদনা।

( মতম অসিদা নবীন পরপ পরপ চংঙকই ) কৈদৌরে নবীন অস্থক খেংনা লাক্লবদি ?

নবীন।—ৱাদো কোম্না ঙাংনরসি। ঐ ইমুংদা ঙাহাক্না লৈরুখিগে। ঐ হংঙরগা লৈতে খুম্মু।

জীবন। — নংগী ব্রাহুবু মমৈ মকোক য়াওদরে। কনাননো নংবু হংঙগদৌরিববু ?

নবীন। — তাঙাং মেঘজিৎনিনে।

জীবন। — তাঙাং মেঘজিৎ। ঐনা হেন্না তপ্লে উনগদবা।

নবীন। —নংদি তল্লুহু মহাক্না নঙোন্দা অকনবা ব্রা অমত্তা হায়রোই ঐদি উনবা য়াত্রবনি।

জীবন। — কব্রিগী ?

নবীন। — ব্রা পুবা ঐঙোন্দা হৌজিক্তি দশা পুম্নমক তারে নং ঐ চামিন্নখিবা শেলশিংদো ঐঙোন্দা হল্লো হায়রি কানদে য়োরকপনা হাল্লগনি। ঐ চংঙে। ( চংখিবা )

কমলা।—ঐদা শিজনিংলেদকো সত্য অসুম্না পুন্সি চুপ্পা লেল্লগদ্রা ?

জীবন।—করিনো নংনা লাওবনে খোংবনে তৌরিবসিবু ?

কমলা।—শিজনিংলে হিংজনিংদ্রে।

জীবন।—শোরাৎ শোম্নিংঙাই শেল লৈজদ্রিয়ে।

কমলা।—কনানসু শোরাৎ শোনবীয়ু হায়দে।

জীবন।—অত্থুদি শিরো শিরো। শিরোনে, শিরো করি কাননবা, ঙমসু ঙম্মোইদবদা।

কমলা।—অওইবরা ?

জীবন।—কানরোইনে পেমচা নবীন খংঙিনে নমাইদা পাওদম্ব থানিংলিবা নশমদা থাও মনম মুংশিবা তৈনিংলিবা ফনেক খোইগাদা শেৎনিংলিবা নংনবু শিবা ঙম্বা হৌনদেনে।

কমলা।—ব্রাহৈনে ব্রাহৈ। থব্রাই মুঙাইতবদগী পংঙাং ঙাংলিবা।

জীবন।—হো, চুম্মেদো অত্থু হায়রবদি।

কমলা।— শিবা ঙমত্রবস্তু মুঙাইতবা য়ুম অসি খাদোক্তুনা ইপামদা চানিংবতা চা শেৎনিংবতা শেৎ তৌহুনা ... ... ...।

জীবন।—এ।

কমলা।—পূজি অসি মুঙাইনা লেল্লুবদি ঙম্মিদনা।

জীবন।—অহুগা ঐনা কমদোবা ?

কমলা।—অহুনবু নমাই য়েংহুনা খাংহুনা লৈরিবসিনি।
(মেঘজিৎ শাওনা ফী ফী কামহুনা চংলকই)

মেঘজিৎ।—ইবুঙো জীবন।

জীবন।—তাঙাং লেংশনবীয়ু।

মেঘজিৎ।—ইবুংঙো ইয়াম্বা ফম্মোয় শোমদা নংগী মরূপ লাক্লম্বরা ?

জীবন।—লাকতেনা তাঙাং।

মেঘজিৎ।—ফরে ঙসিদি ইয়াম্বা ইবুংঙোদা রা অমতা হায়জরমগে। কেশতা চংখিবা শেলদি ইয়াম্বা করিস্তু হায়দে করিগুম্বা অচিনবা থবক অমগীনি হায়হুনা নবীন থারক্তুনা লৌখিবা লুপা ১০০০ (লিশিং) অহুগী রাফমনা করি খনবীরিবা ?

জীবন।—নবীননবু করি হায়বগে ?

মেঘজিৎ।— করিনো ইবুঙোগী রাসিবু নবীনদা হায়রুরে ইবুঙোদা হায়য়ু ইবুঙোদা হায়রে নবীন্দা হায়য়ু অনি অস্তুম ইন্নহুনা লৈরিঙৈদা ঐগী শেল অসি মাংবা তারিবরা ?

জীবন।—তাঙাং, মসিগী রাসি নবীননে ঐনে তাঙাংনে অহুম পুল্লগা অমুক্তা চুমথোক্লসি। হায়বদি ঐনা তাঙাংদা হায়জখিবদি লুপা চামদনি অহুগা নবীননা লুপা লিশিং অমা লৌখি

হায়বসি ঐস্থ মৎগুম্না থোক্লে। ঐনা শিংবা তারবস্থ লুপা ১০০দনি।

মেঘজিৎ।– ইবুঙো লুপা ১০০স্থদি লৌত্রবস্থ য়ারে।

জীবন।—ফরে, তাঙাংনা অপাম্বদো তৌবিরুবা য়াগনি।

মেঘজিৎ।—ইবুঙো রাৎল মুম্না তৌ নহাক অসে ঐনা গুন্দা উকিলনি হায়দুনা প্রচার তৌরবদি নংগী তুংগী ওইজবা য়াম্না শিংকনি।

জীবন।—শিংতুনা লোইরবা ঐবু নংগী প্রচারনা করি অমুক শিংখিগনি। লেংঙো-লেংঙো।

মেঘজিৎ।—এ নগুণ খংঙেদনা। অদুবুদি ইয়াম্বগী ইগুণস্থ খংগদবা কুইররোই।

কমলা।—করিনো লুপা ১০০দং লৌবদা মীনা লিশিং লৌখিবগীস্থ ঐখোয়না ফুকৎলগদরনে?

মেঘজিৎ।—খংঙে খংঙে ইবেম্মা চপ চানৈ। খত্রক্কা খত্রক্কা গুন্দাগা গুন্দীগা মশানা তাবনি।

কমলা।—করিএ, উশিৎ থওইদনা পংঙাং ভাংবিগনু লেংঙো-সিদগী চোম্না ইকাইবা নংগনি।

মেঘজিৎ। — থুন্থনা মথোংদা কনবা হৌনশানি ফৈ চৎলে ঐগী ইতিক খংগনি। ( চৎখিবা )

কমলা। — কানরোইএ কানরোইএ লৌ-শিং য়োনথোকলসে।

মেঘজিৎ। — থরা তৌরে লৌ য়োনবা।

কমলা। — ইপুরোইবা কৌবনিনা মুঙাইতদুনা মীনম্বা নমথাক্কী নিপী ঐ ফাওবা মীনম্বা ভাংলবনি।

( নবীন কোইরুপ কোইরুপ য়েংতুনা খোরকই )

নবীন। — চংগ্রবরা ?

কমলা।—চংপুদি চংখরে। অতুবু ফজগ্রেদা লেমজগ্রেদা। অস্মুন্না পুন্সি হিংতুনা লৈগদবগী শরুকপুদি শিখিবনা শরুক চামা হেন্না ফৈ

জীবন। — করিনো নংনা নিপী ব্রানিস্থ খংদ ভাংনিংঙি হায়তুনা পংভাংদা ভাংঙিবসিবু, নবীন বাবু, করিস্থ থনবীরুগনু। মাগী লুপাহু লৌখিবা মতমদা ফংঙি হায়বা নং ঐগী শোইদি য়াওখিদেদনা।

নবীন। — এঃ মতুদি য়াওখিদে।

জীবন। — অতুদি পেনামুক লাইরে। ঐনা থোকপা তৌগনি।

নবীন। — অতুগা জীবন, অনৌবা ব্রাফম অমদি নখোয়গী ননাও মহেন অদো ঙসি অয়ুক জেলদগী থাদোকখরে হায়বা পাও ফংলে।

জীবন।—করি মহেনবু জেলদগী থাদোকখরে হায়বা! মহাক লাক্লবদি ঐগী অনিংবা অমা য়াম্না শাথিনা কায়বা তারে।

নবীন।—করি অনিংবা ?

জীবন।—ঐখোয়গী অহলনা থনম্বা লৌ মচেং অমতং লৈরিবসি অচিনবগী দমক্তা য়োনথোক্কে নিংলে অতুদা মহাক লাকলবদি ... ... ...।

কমলা।—হেক চংহনদ্রগা লোইরেদনা।

জীবন।—অতুস্থ হেক য়াবা নত্তে মীনা করি হায়ননি।

নবীন।—( থুগাপ্পী কাপ্লগা ) লৈরে মতুগী বুদ্ধি।

জীবন। — করম্বা বুদ্ধি ?

নবীন।—যুমসিদা ফাদোক তাক্লরবা হুরানবা মাগী লৈফম লৈতে হায়রগা লোইরে। সম্পত্তিগী মরমদা ঙাংলক্লগা পিফম থোকপন্থু নমা অপোকপীদা পিখরে, রা মখা তাগন্থু চৎখরো হায়রগা লোইরে।

জীবন।—করিগুম্বা মহাক্না চৎলোই হায়রবদি ··· ··· ···।

কমলা।—মঙকশম লাক্কুনা ইল্লগা লোয়রেদনা।

নবীন।—Correct.

কমলা।—( মপালরোমদা য়েংলুরগা ) কনানো অমা লাকলিবসে ?

জীবন। — ও হায়রিভৈমক্তদা মহাক লাক্লে। ( মখোয় অহুমক মমাই লৈথোক্কুনা উশিন্নদনা লৈবা মহেন চংলকই )

মহেন। — তাদা।

জীবন। — করিনো ?

মহেন। — ঐ ঙসি লাক্লবনি।

জীবন। — সিদদি কৈদোবা লাক্লিবা ?

( মহেন ইঙক ঙকপা )

কমলা। — ( অরোনবা ফিভমদা মহেনবুস্থু তাশন্থু হায়বগী মওংদা নবীনদা য়েংলগা ) নবীনবাবু, মহাক অসিনা সাইকেল হুরাল্লুবগী ফাদোক তারুই হায়বদো ?

নবীন। — মানি মহাক অসিনি।

কমলা। — কিজরেদা ।

মহেন। — তাদ। ( জীবন তাশিন্নদবা )

( মহেন রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা ইমুংলোমদা চংগে তৌবা )

জীবন।— কদাইদনো নং ? ( মহেন চপ লেপ্পা ) নং ইমুং চংখিনু।

মহেন। — তাদা।

জীবন। — অচুম্বনি, য়ুমশিগী ইমুংদা চংননবা নংগী থোং পান্দ্রে।

মহেন। — করিনো তাদনা তাকপিরিবতুবু ?

জীবন। — খজিক্তং হায়বদা খংঙু। য়ুমশিদগী থুনা থোং থাংদোকখো।

মহেন। — য়ুমশিবু ঐগী নত্রবরা ? মরমদি ইতাক তাকপিদনা য়ুমদগী চৎখরো হায়রিবসিবু।

জীবন। — মরম হায়ববু হুরানবা গুন্দা অমবু ঐগী য়ুমশিদা লৈহনবা ঙম্মোই।

মহেন। — হুরানবা ?

জীবন। — হুরানবা নত্রবদি জেলদা করিগী লৈরুগনি ফর ফত্রসু ঐ হৌজিক উকিল অমনি নংগা লৈমিন্নরবদি ঐগী ইজৎ মাংগনি।

মহেন। — তাদা।

জীবন। — ঐঙোন্দা তাদা হায়না কৌবিনবা পৃথিবা অসিদা ঐগী ইনাও লৈত্রে। লৈরম্মী মতম অমদা। অতুবু ঙসিদি মাবু ঐনা শিখরে হায়না লৌরে।

কমলা। — করিনো তৌরিবসিবু ঙসিদা জেলদগী থাদোরকপা হুরানবা অমনা অসিদা অসুম লৈবসিবু অঙবা কনানা করি হায়খিগদগে ঐথোয় ফাওবা মীনা কিনরনিএ। থুনা চৎহলবীখরো।

জীবন। — নং নিংথিনা চৎলো হায়রিভৈসিদা চৎলরোইদ্রা ঐগী ইজৎ মাংননবা শিল্লিবরা হা ?

মহেন। — তাদা, ঐনা তাদগী ইজৎ মাংহনবা তারবরা ?

জীবন। — মতু নত্তনা করিনো ? চৎলোনে।

মহেন। — লাইবক্তা অসুম থোকউ হায়না তমখিবনা মিংচৎ থিবগা লোয়ননা ননাওনা মতম খরা ভেলদা লৈরুবদি অতৈ কনাগী মরমগী নত্তেদো তাদগী লো পরিক্ষা পিননবগীদমক্তা শেল-থুম থৌরাং তৌরুবা মতমদা থোকখ্রিবা থৌদোকনি।

জীবন। — নংনা ফাদোক তাবিরুরগা ঐবুসু দশা পিরিবরা ?

মহেন। — নত্তে নত্তে তাদা।

জীবন। — করিগী নথৌ লৈত্তুনা মীগী মপোৎ হুরান্দুনা শেল থাবিরক্লিবনো ?

মহেন। — তাদা ঐবু থাজবীয়ু ঐনা কনাগীসু মপোৎ হুরাল্লুবা লৈতে। লৈখ্রিদবা পাবনা খংদবদগী হুরানবা মাল অমা বন্ধপ লোবদগী থোকখ্রিবা ভাক্তনি।

জীবন। — নংনা লৈখিদ্রবা অহল-লমন পুথোক্তুনা ভাংভিবসিনা করিগীনো হা ? ঐ করিমত্তা তানিংদে। নং চৎথ্রো হায়রি-বসিনি।

মহেন। — তাদা, ননাওবু তশেংনমক চৎলো হায়রবরা ?

জীবন। — নংনা ফাগীনি হায়না খল্লিবরনে। চৎলোনে নশক অতু য়েংলিংদ্রে।

মহেন। — ফরে তাদনা অতু য়ৌনা হুংশিবীদ্রবদি ননাও চৎচরগে। অতু রা অমত্তদি ... ... ...।

জীবন ।—হায়য়ু য়ানি ।

মহেন ।—ইমাযু লৈতবরা ?

জীবন ।—হুরানবা পোকপী নমা হুরানবীদো ?

মহেন ।—( শাওরুংননা ) তাদা ।

জীবন ।— কুইরে যুমসিদগী চৎখিবা ।

মহেন ।—ইমাসু ... ... । তাদা, ইমাদো করি মরমগী চৎখিবা ?

জীবন ।—পোক্কবী মমাগী পুকচেল চেনবী নংগী নমাহুনা যুমশিদা কয়া কুইনা লৈবীগদগে ? মশাগী কান্নবা য়েংহুনা চৎপ্রবনি ।

মহেন ।—তাদা, ইমাদো কদাইদা চৎকনি হায়রম্বগে ? খংলবদি ঐভোন্দা ইমাগী লৈফম অদো ... ... ... ।

জীবন ।— ঐ নমা পুকফত্তবী অহুগী লৈফম পান্নবা চৌকিদার নত্তে ।

নবীন ।—করি কান্নবা রা য়াম্না ভাংনশ্রেদা কোক হেক চৎলহনশ্রোবা ।

জীবন —খংদেনে মমাই অসুক কনগ্রবসিবো ।

কমলা ।—অসিনবু মীগী মপোৎ হুরানবা ভমলিবনিদনা ।

মহেন ।—ইখা থাবা ইমান্নবা অতোপ্পা লমলাম্বা মীশক অতৈ ওইরম্বা থোক্লবদি মতিক চাবা পাওথুম পিহুনা ঐগী ইতিক খংহললমগদবনি অহুবু য়াদবা মতাং থোকগ্রে ।

জীবন ।—নংনা করি তৌগদৌরিবা ?

মহেন ।—ঐনা তারিবা অথিবা খোলশিং অসিগীদমক্তা ঐনা তৌফম থোকপা তৌরম্বা তারবদি ভসাইনা মওং অমা থোক্লগনি, ঐনা তোইবা নঙ্গগা মীনা তোইবা ; অহুবু কমদৌনি খা চিক্তুনা থাংলিবনি ।

জীবন।—( য়ান্না শাওনা হোৎচিন্দুনা ) you shut up. ( মহেনগী খজাইদা খুপাক্লা থাবা ) get out you get out! ননসেন্স।

মহেন।—ওক্লবরা তাদা ওকত্রবস্নু অমুকস্নু থাবীয়ু। ঐগী লাইবক ফবনি। ময়াম্বনা মনাওবু য়ারক য়াতেমছুনা কু-চৈবদি হৌন-শানি। ওম্বোকপনি সংসার! ইশাগী ওইজবা থিবনা মমা মচা মচিল মনাওগী মরক্তা চেল্লিবা মুংশিনবগী ইচেল ফাওবা লাইনা থদৎপা ঙম্মীদা। তাদা ননাওবু য়ারৌবীগম্নু তাদগী মাই খুদনবগীদমক্তা ননাও য়ুম অসি থাদোকচরে।

জীবনগী মখোং পাইছুনা খুরুমগে তৌবদা জীবননা হন্দোকপা মহেন জীবনবু খুরুম্নগা চৎখিবা )

বিশ্রাম—

লাইট ওফ

অনিশুবা শরুক

১বা উৎপা

মফম :— লম্বী মতম :— মুংখিল

জামীনি মকোক্তা কোকশেৎ অমা শেৎলি মকি মরোল অদো য়াম্না জুগোৎ চাক্রে; মকোক্তা চেং বোরা মচা অমা থোংগন্তুনা লাকই; চৎপা য়ারছুনা লম্বী ময়াইদা চপ লেপ্পী মশা অতুস্নু য়াম্না ঙমদনা উরে মকোক ঙাওরছুনা চেং বোরা লম্বীদা থাদরগা চেং বোরাদা ঙাথছুনা ঙহাক পোথাই;

জামিনি।—হা কৃষ্ণ রাখ্রেদা। কোক অসি ভাওখিবনা খোং অসি থাংবা থোকশিল্লক্তরে করম্না চেং বোরা অসিগা লোয়ননা...। ( মতম অসিদা মহেন লাকই অরাম খৌরাংবগী মৈশানে মুংশাগী মৈশানে মহেনসু য়াম্না চোকথনা উরে ) ( মহেন ফুরিৎখাউদগী চুরুট লৌথোক্তুনা থকই )

কনানো পোৎ অসিদা অমুক্তা থোংগৎপিরম্মুবা ( মাহেন্না কনানো হায়ত্নুনা হন্না য়েংঙকপা ) ঙমদত্নুনা হায়বনি রারৌ-গম্নুকো।

মহেন।—ইমা! ( হোৎচিন্দুনা জামিনিগী মনাক্তা ফমথবা )

জামিনি।—কনা মহেন! ইমাগী ইবুঙো ( মহেনবু কোনবা )

মহেন।—করিনো ইমা নংনা তৌরম্লিবা অসিদি।

জামিনি।—করিগী ওইগদগে ইমাগী ইবুঙো পুন্সি অসি হিংবা ঙম্নবা হোৎনরিবনি।

মহেন।—ইমা। নরাইবক থিরকথ্রবোইদকো ইমা।

জমিনি।—নত্তে নত্তে মহেন নংগুম্বা ইচা লৈরিবা নমা ঐবু করিগী লাইবক থিবী ওইগদগে? নহাক্তি কৈদৌঙৈ জেলদগী থোরকই?

মহেন।—ঙরাং থোরকপনি।

জামিনি।—য়ুমদা চংঙুরবরা?

মহেন।—চংঙুরে। য়ুমত্নুদা ইমা লৈত্রে হায়বস্নু তারকলে অত্নুদগী ঐবুস্নু তাদনা য়ুমত্নুদা চংজফম পিবিরকত্রে।

জামিনি।—করি হায়বা মহেন?

মহেন।—অচুম্বনি ইমা; অত্নুদগী ঙরাং নোংশোইবা ইমাগী খোংগুল

লিজরুবনি। হৌজিক্তি ইমা উনরবনিনা ঐগী অৱাবা পুম্নমক কোক্লে শুংঙাইতবা অমত্তা লৈত্রে। নত্তে ইমানা হৌজিক কনাগীদা লৈরিবা ?

জামিনি।—কনাগুম্বা মহাজন অমগী মরুমদা থুপতুনা মাগীদা তাংতুনা লৈরি।

মহেন।—মামাগীদা লৈবা য়াদবরা ? মামাগী য়ুমস্থু য়োরুরে।

জামিনি।—নংগী মামাদো ইমাগা পোকমিন্নবা ইপ্ৰাস্থু নত্তে মতমসিদা কনানা শুংশিবগনি অতুগী খল্লুবদা ইমানা নং জেলদগী থোরকপা ফাওবদা থাংগে হায়তুনা মহাজন অমগী মরুমদা থুপতুনা লৈবনি।

মহেন।—সিদি কনাগী চেংনো ইমাগীরা ?

জামিনি।—ইমাগী নত্তে ঐনা লৈরিবা মহাজন অতুগী চেংনি-চেং তকফমদগী পুরকপনি।

মহেন।—য়ুমদি কয়াম ৱাৎলি য়োগদবা ?

জামিনি।—লাপত্রে।

মহেন।—অতুদি চৎসি ইমা, ঐ পুরগে। হৌগৎলো চৎলশি। ( বোরা থাও পায়খৎপা )

জামিনি।—চৎলসি ( অনিমক চৎখিবা )।

লাইট ওফ

## ২শুবা উৎপা

### য়ুম (বকুলগী)

মফম—: মাঙ্গোল মতম :—অয়ুক

( বকুল হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈরম্মী )

বকুল।—হাই কালা! মধু! জীব অমত্তা কোবদা তাদবসিবু কদাইদা লোইনা চৎগ্রবনোনে। ঐদি চুকান্দা চৎকদবগী খোং-থাংগৎতুনা লৈরে থবক থজিক্তং শিন্নরমগে তৌবসি। হাই কালা! নখোয়বু কনা অমতা লৈত্রবরাও গাড়ি অসি থাউকা য়াওবরা থরা য়েংঙ্নে ঐ চুকান্দা হিসাব য়েংঙ্বা তারিনে। ( মতম অসিদা জামিনিনা মাং থাতুনা মহেননা চেং বোরা পুথুনা চংলকই )

জামিনি।—মহেন চেং অদু সিদা থমখো। ( মহেননা বোরা থম্বা )

বকুল।—কনানো ইন্দোল নিপা অসিদি ?

জামিনি।—ইবুংঙোবাবু ননাই নিপামচা অসে লাইবকথিবী ঐগী ইচানি

বকুল।—ও নহালমখৈদি কদায়দা লৈরুরিবা ?

মহেন।—ঐহাক ... ... ...।

জামিনি।—নহানমখৈ লংকৈদা লৈরুবনি ইবুংঙোবাবু, অদু ইবুংঙো বাবুদা ইন্দোল রা অমতা হায়জগে।

বকুল।—হায়য়ু করিনো ?

জামিনি।—ননাই ইচা অসিশু য়ারবদি ইন্দোলগা লোয়ননা অসিদা ... ... ...।

বকুল।—লৈহনগে অসিরা ?

জামিনি।—হোই ইবুংঙো।

বকুল।—য়ানি য়ানি।

( মতম অসিদা নবীনগা জীবনগা চংলকই )

জামিনি।—রা অমত্তুংগা ... ... ...।

বকুল।—হায়য়ু।

জামিনি।—ননাই অসি মমিত্তা লাইরিক লাইশু থরা উজরবনি অত্তুনা বাবুগী তুকানগী হিসাব শুননবা কেরানি অমগা লোগনি হায়বত্ত ননাইসিনা তৌবদা মতিক চাগদবা লৈরবদি ... ...।

বকুল।—লাইরিক কদাই ফাওবা তমলবগে ?

মহেন।—ঐহাক হন্দক পি ইউ সি পাশ তৌজবনি।

বকুল।—পি-ইউ-সি পাশ তৌরবা ?

মহেন।—হোয়।

বকুল।—হেন্দোক্রবু য়ামনখরে। অত্তু নংগী সার্টিফিকেট কাদি লৈবরা ?

মহেন—পি-ইউ সি গীদি পাশ ওইরে হায়বা খংজবতনি সার্টিফিকেটতি ফংজদ্রি অত্তুগা মেত্রিক পাশ তৌবগীদি উৎচবা ঙমগনি।

বকুল - ফরে ফরে য়ানি ইন্দোল।

জামিনি।—তুঙাইজরেদা ইবুংঙো। লাও মহেন চেং বোরা অত্তু পুশিল্লকউ। ( মহেন্না চেং বোরা পায়খৎপা )

বকুল।—( জীবন্দা ) করি থবক্কী চংবিরকউ য়ানি।

জীবন — ফনি।

( মহেনগা জামিনিগনা জীবনবু উবা অতুদগী জামিনিনা মাং থাহুনা মহেন ইমুংদা চংখিবা )

বকুল।—লেংশিনবীয়ু চেয়ারদা।

( জীবন নবীন চেয়ারদা ফম্বা ) করি থবক্কী ? ( ফুরিৎখাওদা চুরুট য়েংলুবদা য়াওরমদবা ) ঐ ইমুংদা অমুক্তা, ফম্বীরমখো।

জীবন।—ফনি ; ( বকুল ইমুংদা চংখিবা )

নবীন, মহেন মমা মচানা য়ুমশিদা লৈরবদি নং ঐনা নিংলিবা থৌরাং অসি লোইনা কায়বা তারে। অদুনা ... ... ...।

নবীন।—অদুগীদি নো-দাউট। মখোয় অনি য়ুমশিদা লৈবা য়াদনবা মচিল থৌরবা তেল অমা ঙসি লাক্লিবৈদা কাপশিল্ল-মগা লোইরে।

জীবন।—করম্না ?

নবীন।—হুরানবা মমা মচাবু কনানা য়ুমদা থমনিংগদগে ?

জীবন।— ও yes। নংনা ফনবা শিল্লো। হায়বদি নং ঐগী মরমদা মহেম্না মহাজন অসিদা রারি রাতাই শাখিবা থোক্রবদি পুমকায় কায়রে।

( বকুল মথুত্তা চুরুট পায়দুনা পোরকই )

বকুল।—চুরুট ফল্লু। ( চুরুট পিবা। নত্তে ঙসি ইথা থাজদনা উকিল বাবুনা ঐগীদা লেংবিরকপবু করি তাকপিগদবা লৈবগে ?

জীবন।—( চুরুট চম্না চম্না ) রা অমত্তং হায়জগে লাকপনি। অদুবু ঐগী রাসি হোদোকত্রিবৈদা বকুল বাবুগী মিৎ-নাকোং ওইনবা রা অমতং হান্না হায়জনিংই।

বকুল।—করিনো করি তৌরবগে হায়বীয়ু।

জীবন।—হৌজিক চেং পুত্থনা ইমুংদা চংখিবা মমা মচাত্থবু বাবুগী য়ুমসিদা লৈহনবীগদৌরিবরা ?

বকুল।—মমাসিদি ঐগীদা লৈবা কুইরে মচা অসিদি ঙসিদা লাকপনি করি তৌরবগে ?

জীবন।—ই-পাও করিমতা লৌবিদরা ? নিপা অসিদি ঙরাংদা জেলদগী থাদোরকপনি।

বকুল।—করি হায়বা জীবনবাবু ?

জীবন।—অচুম্বনি, বাজারদা সাইকেলগী তুকান তৌবা মেঘজিৎ থংবীদনা ?

বকুল।—থংঙি।

জীবন।—মাগী সাইকেল হুরাম্নুবদগী থা মঙা ভরুক ফাদোপ তারুরবনি ।

বকুল।—ইমাইপেম্মা ইমাইপেম্মা !

নবীন।—থংদবা হায়বসিদি উদবগা চপ মান্নবনি।

জীবন।—থাজবীদ্রবস্থু ই-পাও মুন্না হংবিয়ু।

বকুল।—করি য়ানো উকিল বাবুনা হায়ববু করিগী থাজদ্রোইদদগে ?

জীবন।—বাবুগী তুকান্দবু মাবু থমলবদি নোংমগী পোৎ অমমম য়েপখিত্থনা উচি চাক্হোম্না তুকান মুৎলগদবনি।

বকুল।—ঙসি মতমচানা উকিলবাবুনা লাকপিত্থনা ই-পাও পিবীবসিদি ঐগী য়াম্না লাইবক ফখরে।

নবীন।—নম্রবদি বকুলবাবু কাংখদা লিল অমুবী য়োকলমগনিদা।

বকুল।—অচুম্বনি তাকপিরিবত্থ। হৌজিকমক কৌথোক্লগা তানথিবা তারে।

জীবন।—নত্তে নত্তে ঐথোয় চৎপ্রগা থবক পাইখৎপিয়ু নক্রবদি ঐথোয়বু দোষ তৌথিনি। মতম অসি ফত্তবনিনা বকুলবাবু মীসি য়াম্না কিজেনে।

বকুল।—হয়রে উকিলবাবু লোংচকপগী মরম তাকপিরো।

নবীন।—অতৈ মরমগী নত্তে বকুলবাবু অসুম তৌবনি ঐথোয়গী উকিলবাবু অদিনা বাবুদগী শেল খরদং চরানি মণ্ডানিগীদমক্তা রাইবা পামলি।

বকুল।—করি রানোনে হায়রিবসিবু উকিলবাবুগুম্বা মীশক অমনা করিস্থ লৈত্রবা ঐদোদগী ... ... ... ।

নবীন।—নত্তে নত্তে মদোমদা থনবীরগম্থ নোংকা দাক নিংথৌদস্থ মৈতাল রাংলি হায়বা লৈ, ডসি উকিলবাবুনা লাক্লিবসি তশেংনা বাবুদা আশা তৌদুনা লাক্লিবনি।

বকুল।—চান্নবা হায়বীরিবরা ?

নবীন।—নক্রবদি করিগী লাক্কদগে ?

বকুল।—শেল কয়াম য়াম্বা ওইরবনো ?

নবীন।—লুপা লিশিং অনিদনি মসিদা থাজনবগীদমক্তা করিগুম্বা মতিকচাবা সম্পৃতি অমা ইনরবস্থ য়াগনি।

বকুল।—হোই নবীনবাবু। উকিলবাবুগুম্বা মীশক অমনা তরানি মণ্ডানিগীদমক্তা শেল রাইবদা লাইরিক লাইশু ইনত্রবস্থ য়াবনি অত্থবু অহল লমন লৈরিবা কৌবনিনা মথোয়গী মপুক্লিং পেম্নবা ... ... । মসি হায় হায়তুনা রারোবীগম্থ।

জীবন।—মতুদা করিসু রারৌনিঙাই লৈতে হৌনবিনী। ঐগী মাই ঙাকপিরিবসিনা থোইনা হেন্না সুংঙাইজখরে।

নবীন।—অতুদি হোরেল অসি পুং কয়া তাবা মতমদা লাকচবা য়াগনি ?

বকুল।—হোরেলদি খুদোং চাগনি নিংদ্রে, হয়েং সুংখিল তুকালদা ওইনা ... ... ...।

জীবন।—য়ান্না সুংঙাইজরে। অতুনি চৎচরগে।

নবীন।—হন্দক বাবুনা জীবন বাবুগী মাই ঙাকপিরসন্নি হয়েং মতম অমং, লমন শিংজবতু মঙাতরে।

বকুল।—করি বাবুন. ঐথোংনা হায়জবনা থক্নদোরিবনি।

নবীন।—লোংঙসি জীবনবাবু।

জীবন।—অতুদি চংচরগে।

বকুল।—লোংঙো।

নবীন।—অতুগা ঙসাইগী রাফম—, মমা মচাগী রাদো।

বকুল।—খংজরে। ( জীবন নবীন চৎখিবা )

ইন্দোল! তারিবরা ইন্দোল নংবু ? ( জামিনি থোরকই )

জামিনি।—করি হায়বগে ইবুংঙো চা লোম্মু হায়বরা ?

বকুল।—নচানিপাতুসু কৌথোরকউ।

জামিনি।—মহেন! ইবুংঙো!

মহেন।—( মঙুংদগী ) ইমা।

জামিনি।—নংগী বাবুনা কৌরি থোরকউ লাও। নত্তে বাবু ইচাবু ঙসিদগী তুকান্দা থবক শুবা থাবিরগেরা ? ( মহেন থোরকই )

মহেন।—করিনো ইমা ?

জামিনি।—নংগী বাবুনা কৌরি।

বকুল।—ইন্দোল নচা অসি নহালমথে কদাইদা লৈরুই ?

জামিনি।—করিগীনো ইবুংঙো ?

বকুল।—মরম অমুক হংদ্রবস্লু ঐগী হংলিবসি খুম্মু।

জামিনি।—মহাক ... ... ...।

বকুল।—জেলদা লৈরুই নত্রা ?

মহেন।—অচুম্বনি ঐ ঙরাং জেলদগী থোরকপনি।

বকুল।—অদুদি নহাক ঐগী য়ুমসিদা লুট তৌবা লাক্লিবরা ?

মহেন।—হোই মতমনা তাক্কপিবদা করিমত্ত' অরানবা লৈতে অদুবু রাক্কন অদি বাবুদা কনানা হায়বগে ? হৌজিক লাক্লম্বা মীশিংদুনা ... ... ...।

বকুল।—মদু থংবগী নংগী কান্নবা লৈতে। থংলবদি মখোয়দা নংনা থাংনা থিল্লুগনি নত্রা ? চৎত্রো' চৎলো হৌজিকমক ... ...। ( ফুরিৎখাওদগী শেল লৌথোক্লগা ) শে ইন্দোল নংগী ফংফম শেল ( লুপা ২০ হুন্দুনা পীবা ) অদু লৌরগা য়ুমদগী থুনা চৎখরো।

জামিনি।—ইবুঙোংবাবু, ইমা ইচাবু য়ুমশিদগী চৎলো হায়রবস্লু ইচাশিনা ফাদোক তারুবগী মরমদা রা খরদা তমজখিগে অমুক্তদি পুক্লীং চংনা ··· ··· ···।

বকুল।—নখোয়গী নরা তানবা ঐগী মতম লৈতে। অদুনা নমা নচা নখোয় অনি য়াম্না থুনা চৎপিখরো।

জামিনি।—ইবুঙো ... ... ...।

বকুল।—মীনা চৎপ্রো হায়রবমক্তদা মমাই পানখিত্রেদা অদুননিনে নচা হুরানবা পোক্লিবদো।

(জামিনি মহেন চৎকে তৌবা, বকুল লুপা ২০ অদু খুনগৎলগা তান্নহনা পিবা)

বকুল।—শে, নশেল অসি পুজখো।

(জামিনি মহেন থোকখিবা)

ইশ, কৃষ্ণ! কৃষ্ণ! হুরানববু য়ুমদা লোইরমগদৌইদা। দষা অমা কোকলে কুমশি চহিসি পাঞ্জি য়েংত্রবসু য়াররনি।

**লাইট ওফ**

তশুবা উৎপা

য়ুম (শেখরগী)

মফম :—মাঙোল মতম :—নুমিদাংব্রাই

(শান্তি চেয়ারদা ফম্লহনা রাখল তৌহনা লৈরম্মী)

ইশৈ

ইচিক হুল্লবা অহিংগী, তাংলো শৈন থেংবদা
তারমদাইগী থাজ মাবু, করিগী ঐনা য়েংলুবা।
হাংলে ঙসিদি অতিয়া ঙাল্লদরে থম্মোই থাজ
লোৎখরে নিংজবা থাজদো কায়নলৈচিনগী মরুমদা
লৈচল শুনা লেংজবা প্রেমগী লৈয়াং পরেং
পাম্মু ঙক্তা য়োঁঙমদনা লৈমন চনবা তারবরা।

( ইশৈ লোইরমদাইদা শেখর ইমুংদগী থোরকই )

শেখর।—শান্তি !

শান্তি।—পাবুং।

শেখর।—করিনো নংনা খল্লিবা রাখলদো ?

শান্তি।—ঐ করিস্তু খন্দেনা পাবুং। ঐদি চুম্না ইশৈ ঔরাইবনি।

শেখর।—করিগী ঈশৈ ?

শান্তি।—হন্দক ইন্টর স্কুল মিটকী Cultural শোগী ইশৈ ঔরাইবনি।

শেখর।—ও অতুপীরা ?

শান্তি।—পাবুং।

শেখর।—করি হায়রবগে ?

শান্তি।—মাবু, পাবুং উরবা অমুক্তা লাক লাকখিদ্রবরা ?

শেখর।—কনা ?

শান্তি।—মহেনবু হায়বনি।

শেখর।—মহেনগী রারা ? লাকখিদ্রে করি তৌরবনো ঐস্নু মা অমুক্তং উনরিংবনি।

শান্তি।—করিগীনো ?

শেখর।—মাগী থবক অমতং য়েংবীবনি জিরি আউট পোষ্টকী S. I. খর লোগদৌরি মহুদা ট্রাই তৌজহৌরবদি মহাক পোষ্ট অহু তৌবদা মতিক চাবা নিপা অমনি।

শান্তি।—পাবুংনা মাগীদমক্তা অরেম্বদা খল্লুহনা করি তৌরুরি। মী মচাগী হৌনবা ঐখোয় পুম্নমকপু কাওথোকখরে অমুক্তম্নু লাকখ্রিদেদনা।

শেখর।—অতুম্না হায়গন্থু মহাক্তি য়াম্না ময়াইবক থিম্নবা অঙাংনি। ময়াইবক্তা তমথিবনা ইন্নাল লানজদনা মিংচৎথিবা বদনাম কংশ্রিবনি। জেলদা লৈরিভৈদস্ত মপা লৈশ্রিদবনি অতুবু অঙাংবু নিংথাদা খংডি হায়বগুম থা ৫। ৬ মহাক্তা জেলদা লৈবদা মাগী য়াঙাং মাগী লোনচৎ শাজৎ উবদা ঐনা খংবা ওম্মী মতুদি মহাক য়াম্না ফবা অঙাং অমনি।

শান্তি। পাবুংগী মঙমদদি মী খুদিংমক ফাংদিএ।

শেখর। মতুগী রা নষ্টে অফবা মীদি থাংথক্তা মাংহনবিংদে মাবু মী অমা ওইনবা ঐনা শেমনিংঙি

(শান্তি মপাগী রা তাবদা হয়াওজবা)

শান্তি।—মাবু মী ওইনবা শেমলগা পাবুংগী করি তোংজবনো ?

শেখর। ঐগী কন্নবদা য়েংগদরা মীগী মতেং পাংবদি মহৈনিনে শান্তি। অতুন ইপাগি মাগী খংন চান্নবা মরূপ মপাং হংলগা পাও চেনখিসির খন্নিবনি।

শান্তি।—(হয়াওনা ইখং খংহৌদনা) পাবুং ঐ মাগী ময়ুম খংডি।

শেখর।—করি শান্তি।

শান্তি—(ইকাইহুনা) হায়দে পাবুং।

শেখর।—নং মাগী ময়ুম খংলবদি নং লৌবিরুগেরা ?

শান্তি।—(ইকাইহুনা শাওশিন্নবা)ঐবু মাগী মনাইরাও ?

শেখর।—নংনা মাগী ময়ুম খংডি হায়বহুদা হায়বনিদনা।

শান্তি।—মতম শংলবদি চৎলুগে।

শেখর।—(থোঙাল য়োমদা য়েংলগা) হাইশান্তি হায়ন্নিভৈদা শাধা অসি লাক্লেনে।

শান্তি।—(হয়াওনা) কদাই ? কনানো নিপী অমসিদি।

শেখর।—চংঙক্লগা খংগনি।

( শান্তি শাওশিন্নহুনা লাইরিক পাহুনা লৈবা ; জামিনি মহেন চংলকই ) মহেন।

মহেন।—বাবু নমস্তে।

শেখর।—কৈদৌরে নহানমথৈ অমুক্তা লাক্তবদি ?

মহেন।—থবক অমা চৎপদা।

শেখর।—ফম্মু ফম্মু ফকতুদা ফম্মু। কনানো নিপীসিনা ?

মহেন।—ঐগী ইমানি।

শেখর।—ও ! ফকতুদা ফম্বীয়ু। ( মহেন জামিনি ফম্বা ) নং করি হায়নিংবা লৈ ?

মহেন।—বাবু, ঐনা লাকচরিবসি বাবুগী য়ুমসিদা মতম খরগী-দমক্তা ইমা ইচা বাবুগী থবক ইনথাং নোমহুনা লৈজগে হায়হুনা ... ... ...।

শেখর। – করিনো নংগী রাহুবু মহেন ? নংগী নয়ুম ইথোল লৈ হায়বদাইনে ?

মহেন।—লৈরম্মী বাবু অহুবু মুনবীথরে।

শেখর।—হায়বদি ?

জামিনি।—বাবু অস্তুম তৌবনি। মহাকী পোকমিন্নদবা ময়াম্বা অমা লৈ, মহাক অহুনা ইমা ইচাবু য়ুমহুদা লৈবীরম্ভু হায়হুনা তাম্বোকপীরক্লে।

শেখর।—মহেনবু পোকপা লৈখ্রিদবা অহল অহুমা থনম্বা সম্পত্তি অহুগী মহুৎদা মহেনগী করিমত্তা কংফম লৈত্রবরা ?

জামিনি।—করিগী লৈতদগে ? মওগী দমক্তা খংন চৈনবা হ্রাথোক লানথোক থোকপদো পামজদবুনা মাগী মাগী ধর্ম্মনি হায়তুনা ননাই ইমা ইচানা তুম্মীন্না থোকচরকপনি।

শেখর।—ফরে নখোয়গী হৌজিক শাগৈ নাতৈ মরিমত্তা কনামতা লৈত্রবরা ?

মহেন।—করিগী লৈতনি বাবু অদুবু ইয়াম্বমক্তা চংহনিংদ্রবা ঐখোয়বু কনানা হুংশিবীগনি। বাবুগীদা ইকাইবা অকিবা লৈতনা চংজফম নিজরিবসে ঐগী পুকচেলদি বাবুনা খংবী হায়তুনা লাকচরিবনি।

শেখর।—নখোই নমা নচানা ঐগীদা লৈবদা করিমত্তা অকায়বা লৈতে নপুন্সিচুপ্পা লৈবা য়াগনি। অদুবু মহেন রা অমদি হায়গে নখোইনা ঐগীদা লৈবা তারবদি অতোপ্পা লমজাম্বগী ব্রাখল থাদোক্লুনা নখোয় নশামক্কী নয়ুমনি খন্দুনা য়ুম অসি কোন্দুনা লৈগদবনি।

জামিনি।—বাবু মহাদি ননাই ঐগোম্ব্দি লাইবক ফগ্রবা রানি।

শেখর।—মহেন নংবুসু সান্না উননিংতুনা ঐনা ডাইরম্বনি।

মহেন।—করি তাকপিগদবা ?

শেখর।—তলব চাবা নংগী থবক অনত্তং ঐনা ফংননবা মন্নুংদা শিনবীরি।

মহেন।—বাবুং।

শেখর।—থবক অদো নংনা তৌবা তারবদি নমানা ঐগীদা লৈজহৌরগা নংদি মতম খরা জিন্নিদা লৈরুবা তাই।

জামিনি।—করিমত্তা কায়দে বাবু। ননাইসিগী থবক অতূতা কৎনবা শিনবীয়ু। ননাই ঐনা বাবুখোয়গী সেবা তৌতুনা লৈজগনি।

শেখর —নংগী থবক অতুগী মরমতু ঐ ঙসি তাংদাংবা খংদোকপিরক্লগে।

মহেন —করম্বা অফিসকী থবক ওইরবনো ?

শেখর।—Police Department গীনি।

শান্তি।—পাবুং।

শেখর।—করি হায়বগে ?

শান্তি।—ঐগী পোন অমত্তা লৈবীয়ুবা।

শেখর।—পোন্দি করিগী ?

শান্তি।—করিগী ওইগদগে ময়না য়োকে। হন্দক ঐনা য়োকদোরিবা ময়না অসিদি মখোং ঋিনব্যুর থাংতুনা পুক্সিগী ওইনা থম্লগদবনি।

জামিনি।— ইবেম্মা ময়নাদি করি তৌনগদৌরিবা ?

শান্তি —ইন্দোল ; ঐগীদি ইবুং অমা ইনাও অমা লৈজদে অতুনা তাইবং মীরোল তম্বীরগা রারি রাতাই শাতুনা মরুপ ওইনা থমগনি। ( মহেন্দা যেংলগা ) লমহেন্দুনা পাইগে নিংলবদি মশা শাগল থুদেক্তুনা থমগনি। মাগী মপিজা চেক্লা কনাগুম্বা লাকপদা মমিত্তুনা হেক য়েংবদা মমিৎ অনিমক কোৎথোক্লনি।

মহেন —মতুগী পাপতি কনানা পুগনি ?

শান্তি।— করিগী পাপ ! মাবু হুংশিতুনা ইনাক্তগী হেদোক্লনবা

হোৎনজববু করিগী পাপনো ? কো পাবুং, পোন অমতা লৈবিয়ুকো। ( চংখিবা )

শেখর ।—হোই হোই। ( ময়াম নোক্তুনা লৈহৌবা )

লাইট ওফ

## ৪ শুবা উৎপা

### লম্বী

( কমলা মশম মনা ইফা ফারতুনা সুইটকেশ মচা অমা পায়দুনা ফিংনা লাবই জীবননা তুংলোমদগী কৌরকই )

জীবন ।—( অথাপ্পদগী ) কমলা ! ঙাইখোনে নংবু ! ( কমলা চপ লেপ্পী অমুক চৎলি ; জীবন খোরকই ) কমলা ! ঙাইখো হায়বনি। ( কমলাগী লম্বী থৎলি ; কমলা মমাই লৈথোক্তুনা লেপ্পী ) করিনো নংনা ত্তৌরিবসিবু ঙাওরবরাও ?

কমলা ।—করিগী ঙাওরুরি ঐদি ঙাওদবতুনা ঙসি থোরকলিবসিনি।

জীবন ।—করিনোনে মসিবু ?

কমলা ।—ঐনা ঙাওরমলবদি হুই হোদোংদৌনা ননাক্তা কুন্দুনা লৈরমগদবনি। শে কান্নদে ঐ চৎচরগে।

জীবন ।--করিনো অঙাংদৌনা। শে ফজদে, য়ুমদা চৎলশিশে।

কমলা ।—খনগদবমখৈ খল্লগা ঐ খোং থাংদোকরক্লবনি।

জীবন ।—হাই ; অতুবু নংনা খন্থবদি য়োৗরকত্রিনে। ঐঙীদমক্তা খন্থরগা নং য়ুমদা হনকম খোক্তু্া ?

কমলা ।—নংগীদমক্তা করি খনগদৌরিবনো ?

জীবন।—নংনা থন্নিংত্রবস্থু ঐনা থল্লো হায়রিবসিনি ঐনা হায়বস্থু করি লানবগে ?

কমলা।—কান্নদেদা ইবুঙো নংগী মোইথেমদা ঐনা পৎলকইবসি কুইরেদা নমাই হান্না কল্লগন্থু।

জীবন।—মাই কনবগী রা নত্তে নংবু থাইনবা ঙমদবনী রানি।

কমলা।—কায়নবদো ঐদি ঙমজরনিএ।

জীবন।—ঐনা হৈম্মোই হাযববদি।

কমলা।—যেংঙোই, নিপীনা নিপাবু থাইনবা ঙম্বগী অধিকার লৈরবনি। ভাব তাও ইবুঙো।

জীবন।—অধিকার লৈতে হায়দে। অধিকার অদো শিজন্নগন্থু হাযবনি।

কমলা।—য়েংঙোই, ঐ রা হায়গেশে নংগী নে নে তৌবক্লনা ঐবু ত্তেহনবা য়ারবোই। লমজাও শোবোকসিদ মীগী কুম্মে ওইথ্রিবৈদা লম্বী থাদোবউ চংকেশে।

জীবন।—কমলা ঐদি নং হৈম্মোইনরিবোই থর হেম্লগা যাগদরা থল্লম্মী নং চান্নবা লে প্রব জাংলা ?

কমলা।—নংগুম্বগী থদেক্ক বলেজা মতা অতুনা ঐবু লোহবা নতিক নত্তে চংলগে শায় বযসিনি

জীবন।—ফরে অচুদি নং ঐনা থেম্বা যাগ্রবদি লৈপাক কুম্মে ওইনবা তৌগনিদো।

কমলা।—ছি ই নংনা ঐত্তোম্মা করি তোগদোবিবা ? কুপীনা পাম্বীদবা নিপা থাইনবদা নংদি আ-থমথো মপা কনাগী মিয়েং চংবা ঙমগদগে।

জীবন ।—কমলা, ফৱ-কংত্ৰবস্থু চহি অমা অনি ঐ অসি নপুরোইবা ওইনা লৈমিন্নরম্লবনি। ঐনা হৌজিক ইকাই ইকি থাদোক্লনা নংগী লম্বীদা উপ্রাক্না হিপতুনা সত্যগ্ৰহ তৌরবদি নং ঐবু কান্দুনা চৎপা ঙমগদরা ? হায়রুনে হায়ও।

কমলা।—মসিবু করম্বা নিপানোনে করম হায়না ঐগী লাইবক্তা তম্লরিবা।

( মতম অসিদা নবীন চংলকই )

জীবন ।—নং থন্দুনা য়েংউ নং লৈত্ৰবা যুমহূদা ঐনা করম্না চংলুগনি। কমলা নং মুম্না থল্লু ইমুং অতুগী অকোইবদা য়েংলুবদা নংবু নিংশিংনবগী খুদমমক্তা ইমিৎ অসিদা উগনিদো ঐনা শেৎননবা নংনা থুপতুনা থনম্বা খুদৈ নংনা থাহনা থনম্বা ঐগী চাকচা ফাল নংনা হোংদোকলম্বা নফী নরোল নংগী শমলাংগী চেংহি মনমনা চুরবা নংগী মোন্দুম পুম্নমক অতু ইমিৎসিনা ঊরগা নাতোল অসিনা নম্মুরগা করম্না পুশ্নি অসি হিংহনা লৈগনি।

কমলা।—হাইমা লমজাওনে।

জীবন।—ওইজসন্থু লমজাও, নংনা সুংশিবীত্রবা ঐনা কনাবু ইকাই-জরুগনি। নিপী নখোয়না থাইনবীরম্বা নিপানা কয়া রানা থাংবগে হায়বহু মীসুংশি থংদবা নিপীগী জাৎশে করিমত্তা থংদবনে।

নবীন।—অসি ওইরেকো সুংশিবা নিপীগীদমক্তদি ইকাই-ইকি রাংমা লাল্লি হায়বদো।

জীবন।—নবীন তশেংবনি, নহাক মরূপনি নং অমুক্তা বিচার তৌরম্মু।

নবীন।—করিগী বিচার ?

জীবন।—কমলাসে ঙসি মপামদা চৎলনি হায়রে।

নবীন।—চৎখিসন্থু কৈদৌবগে ?

জীবন।—এঃ নং য়াওনা। নং খন্দুনা য়েংউ, ঐনা মাবু খাইনবস্থু নত্তেনা মানা ঐবু খাইনবা য়াবরনে ?

নবীন।—মীনা পাম্মকত্রবদি কমদৌনি।

জীবন।—অত্থুদি ঐনা পামলি। কমদৌবা তারে।

নবীন।—হা ... হা ... হা ... ইবেম্মা কমলা, ঐগী মরূপ অসে নংনা থাদোকপিরম্নবদি চান্না ঙাওত্থুনা চৎলগনি। নং রাখল মুন্না তৌ নিপা হুপী হায়বসিদি অমুকস্থু খৎননি অমুকস্থু চান্ননি মত্থুনা তুং কোইনা চৎখনবা য়াবা নত্তে।

কমলা।—করিনো হায়রিবসিবু নিপা হুপী খাইনবসিবু মা ঐনা ইনৌ নৌনা হৌদোকপা নত্তেনা ? মচা তরা চেনবীদস্থু মপুরোইবগা খাইনরি। ঐদি ইচাস্থু চেনবা নত্তে করি বেরা লৈবগে ?

নবীন।—নচা চেম্পবত্থুদনি ঐখোয়গী মরূপনা নংবু য়াম্না পামজ-রীবসে। নচা চেম্নবী হন্থুবী ওইরম্নবদি করিগী নংবু পমাজরুগদগে। নখোয় অনিনা খৎনরিবসে ঐ মরম লোইনা খংঙি য়াইফ য়ুম্বাল কংঙকত্রত্থুনা অরাবা মায়োক্নবা কিরত্থুনা খৎনরিবনি। অত্থুনা হৌজিক নখোয় অনি নখুৎতা হামত্থুনা চাননবা ঐনা লৌশিং অমা তাকপিগনি।

জীবন।—করম্না ?

কমলা।—নবীনবাবু ভশেংনা হায়রবদা মাবু হুংশিবা ময়মদগী গৌহাটিদগী অসি তাম্না মতুং ইন্নরকলিবনি অহুবু হুংশি হায়হুনস্নু পুন্সি চুপ্পা মাগীদমক্তা অন্নাবা নংবদি ঐদি ভমজ-রোই হৌজিকস্নু হুংভাইনা য়ুম পানবা য়ানবা লম্বী হেক্তা শিনবীয়ু ঐনা মাবু পুন্সিগী থাদোকদরা ?

জীবন।—এঃ হায়রিবসিদি অরুবা ঈশিংদা চেম্বা ভাগী জাৎনিদনা নংদি।

কমলা।—মশানা তাবনে হুংভাইগে হায়না পোকপা মীওইবগী মপোকনি। অথেনবা ঈশিংদা লৈহুনা থন্নাই থাগদবগী শরুকপুদি ঈশিং অরুবা য়েংহুনা চেলহৌবনা ফত্রা ? হায়বীয়ু নবীনবাবু করম্বা হুংভাইনা পান্নবগী লম্বী লৈরবগে ?

নবীন।—মহেন অদো S. I. ওইহুনা জিরিদা থবক তৌথরে অহুনা মহাক্না শেল য়াম্না য়াম্না থারক্তুনা মমাকাদো য়াম্না হুংভাইরে হায়।

কমলা।—মহু ওইরে মখোইনা হুংভাইরগা ঐখোয়না হুংভাইবা য়াবরা ?

নবীন।—ঐগী ন্নাসে অমুক্তা তাখো। হৌজিক মমা অহু জেলস্নুপা-রিনটেণ্ডেট শেখরগী য়ুমদা লৈ হাই। মমা অহু হাইজ নোমজহুনা জীবনবাবুনা অমুক হন্না য়ুমদা পুরকপা ওন্নবদি মহেন্না থারকপা শেলশিংহু নখোয় অনিনা শিজিন্নবদা কনানা থিংলগনি ?

জীবন।—Yes, Good Idea.!

নবীন।—হায়বদি অপংবগী মরল অশিংবনা চাবা।

জীবন।—Corret!

কমলা।—অদুবু করম্বা য়াঙাংনা মহেনগী মমা অবোক্তুবু য়ুমদা পুরকপা ঙমগদগে মদুদুম হান্না খনখো।

জীবন।—উম চুম্মী মদুসু।

কমলা।—অথিবা য়াহৈনা তানখোকপ্রবা মীদুদা অমুক হায়জরুবা।

জীবন।—ইশাগী ওইজবা কান্নবগীদমক্তদি কনাবুস্ত ঐনা ইকাইদে ড্রামাগী Tragedy সিন থাদবগুম ইমিৎত্তা ইপি তাদুনা, ঐনা লানখিবদু ঙাকপিয় হায়না মখোং পায়দুনা হায়জরুগনি। অদুদগী ঐনা তৌগদবা মথাদি খংলবরা?

কমলা।—করি?

জীবন।—য়ুমদা পুরক্লগা ইথুংচল্লবা মতমদা মীনাই শাদুনা থমগনি।

কমলা।—শোইদনা পুরকপা ঙমগদরনে?

জীবন।—নহাক কায়নগদবগী শরুকপুদি ইকাই ইকি হুনজেকতুনা নংগীদমক্তা পুরক্লবা হোৎনবা তারেদনা। চৎলো, নং য়ুমদা চৎলম্মো। ঐ নবীনগা তান্নরগা হৌজিক চৎলগদবনি।

কমলা।—ফরে ঐ চৎলম্লগে থবক অদু পাংথোরকপা ঙমদ্রবদি ঐ লৈত্রে খল্লু।

জীবন।—মদো হায়দু ঐবু মিহুন শুত্রে হায়বনি।

কমলা।—(নোক্তুনা) হোয়নে-হোয়নে ঐ চৎলম্লগে। (চৎখিবা)

জীবন।—নবীন, কমলানা ঐবুদি হুংশিবা জাৎনি অদুগা মাগী হায়ববু শেল হেক পায়দবদা মপুকতা য়া হেক্তা ঙাংঙি ˜মশা ফাওবা শোকউবা য়াবা নৎতে মসিদনি ঐনা য়ারিবসে।

নবীন।—বিলাতি হুই লোইবা তারবদি থরচদি, থর চৎপা তারে।

জীবন।—নবীন নং ঐগা চৎলগা ইমাদো য়ুমদা পুরক্লবা হোৎনদবা য়াদে লাও ভায় নং মঙাইরে ঐনাকোইচিং-চিংবা ওমলিবসে।

নবীন।—রাদোরিদা হে বিলাতি হুই লোইবা। ( চৎমিন্নখিবা )

লাইট ওফ

৫ শুবা উৎপা

য়ুম ( শেখরগী )

মফম।—মাঙ্গোল মতম :—মুংথিল

শেখর মথরাই য়াম্না মুংঙাইতনা চিঠি পাহুনা লৈরম্মী ; মতম অসিদা শান্তি ইমুংদগী থোরকই, মপাগী মতৌ অহু য়েংহুনা লৈ;

শেখর।—অঙাওবা! হু ... হু ... হু ...।

শান্তি।—পাবুং কনানা পিরকপা চিঠীনো ?

শেখর।—( চিঠি পাবদা তাদবা ) য়োং অঙাওবাসিদি।

শান্তি।—পাবুং।

শেখর।—কৈদোবা।

শান্তি।—কনাগী চিঠিনো ?

শেখর।—মহেম্না পিরকপনি।

শান্তি।—করি হায়রক্লিবা ?

শেখর।—হেয়া, অঙাওবগী রানিদা।

শান্তি।—অহুবু করি হায়রক্লিবনো ?

শেখর।—মাগীদমক্তা ঐনা হোৎনরিবসিগীদমক্তা পুক্সিগী লমন তোল্লবনি তৌবিমল থংদবা মী অমা ওইজরোই হায়রক্লি ইপামক্লি নিংজত্নুনা ঐনা হায়বা ৱাদা করিমত্তা হিকক্তো-চরোই মাবু অতোপ্পনি খনবীগনু নচামক্লি নিংবিয়ু হায়রক্লিবা।

শান্তি।—অতৈদি করি করি হায়রকই ?

শেখর।—অতৈ থোইদোকপা হায়রক্তে। মাগী অফিসকী থবক্তী মরমদা খর ইরকই।

শান্তি।—ঐগী মরমদা করিমত্তা ইরক্তরা ?

শেখর।—ইরক্তে, নংগী মরমদা করিবু ইরক্কদগে অত্নুগা, অা ৱা অমদি হায়রকই নংগী মরমদা।

শান্তি।—( হরাওনা ) করি হায়রক্লিবা ?

শেখর।—লাইশ্লিক তম্বদা থৱাই য়াওত্রবদি কুম্মৈ-ফিওংদা মপুক্লিং লুপ্লবদি চৈনা ৱারক্কদবনি মনমদা য়াইরি লিথুপনা কল্লু হায়রকই।

শান্তি।—( শাওনা ) মত্নমক হায়রকপরা ? ঐ অমুক্তা য়েংগে চিঠিত্নু। ( শেখরদগী চিঠি লৌগে তৌবা )

শেখর।—( নোক্নুনা ) ইরক্কেদা ইরক্তেদা। ইপানা নতৌ য়েংনিংত্নুনা ফাগী তৌবনি।

শান্তি।—মত্নমক ইরক্লরদি জিরি তান্না চৎলগা মশম ক্লোইরুগে।

শেখর।—মতুগী মহুত্তা নংনা তৌগে হায়রবদি জিরি তান্না চৎলগা মাবু অথুম অহাও পিজরু।

শান্তি।—এ: করিগী ? নোংমত্তা ঐগী মরমদা চিঠিদা ৱা অমা ফাওবা পল্লক্তবা, ঐঙোন্দা চিঠি অমা ফাওবা থারক্তবা মাবু

**কল্পিগী ঐনা অথুম অহাও পিজরুগনি।**

শেখর।—হাই, মহেন অদো মত্তা চারবদি য়ান্না থুনা I. P. প্রোমোশন ফংবা য়ানা লৈবি হায়না মানা খংহল্লক্লি। অতুগীনি।

শান্তি।—( হরাওনা ) মাবু! I. P. ওইনিঙাই লৈববা ?

শেখর।—হোইনে। মতাংচাবা যেংতুনা নঙোম্বসু মরাইনা চিঠি ইজবক্কনিদা।

শান্তি।—থা ৩।৪ ফাবক্লববু ......।

( মতম অসিদা পোষ্টমেন চংলকই )

পোষ্টমেন।—ই বেম্মা চিঠি।

( শান্তি হরাওনা পোষ্টমেনগী মনাক্তা চংঙকই )

শান্তি।—কদায় ?

পোষ্টমেন।—( চিঠী মযোমদগী খঙ্গোক্লগা ) শে।

শান্তি।—কনাগীনো ?

পোষ্টমেন।—পাবুংগী ওইবমাল্লে। ( পিবা )

শান্তি।—পাবুংগী ? সিনা লোইববা ?

পোষ্টমেন।—যেংথিগে। শে অমাগা লৈরি।

শান্তি।—কনাগীনো ?

পোষ্টমেন।—সিসু, পাবুংগী ওইবমাল্লে। (পিবা)

শান্তি।—অসিনা লোযরবরা ?

পোষ্টমেন।—এ অমগা ৱাৎলি শে।

শান্তি।—অতুনা কনাগীনো ?

পোষ্টমেন ।—সিদি চিঠি নত্তে, কেতলোগ ওইরমাল্লে। শে (পিবা)

শান্তি ।—হুম। লোইরবরা ?

পোষ্টমেন ।—লোইরে। চৎলো ইবেম্মা। (চৎখিবা)

শেখর ।—কনা কনাগী চিঠিনো নংগী য়াওরিবরা ?

শান্তি ।—ঐগী। মংদা ফাওবা থল্লরোই। শে পাবুংগী ডাক্তনি।
( চিঠীশিংছু টেবিলদা পোপ লাওনা থাদরম্লগা ফেৎ তৌহুনা চেয়ারদা ফমহুনা লাইরিক য়েংবা )

শেখর ।—হু ...হু...হু...অঙাওবীসিদি। (চিঠি পিবা)
মতম অসিদা জামিনি পোৎ চৈ খরা থুমোক অমাদা হাপতুনা পুরকপা ) করিনো অহুদি ইবেম্মা ?

জামিনি ।—তাইবুংঙো চেং তকফমদগী চেং লৌরুবনি।

শেখর ।—চেং অহুক লুম্বা অহুবু নংনা পুবক্লিবা করিগীনো মী নেক্তুনা পুবকপা য়াদবরা ?

জামিনি ।—কর্রি তৌই হায়বগে তাইবুংঙো ?

শেখর ।—তৌহু, তৌহু, ঙসিদগী ঙসি ওইখরে মতুং মনাও অহুন্না তৌ-লাক্কহুকো। ঐদি য়ারোয়দবনি। চৎলো চৎলো।
(মতম অসিদা জীবন অমস্তুং নবীন চংলকই)
করিনো ইবুংঙোখোই ?

নবীন ।—ঐখোয় থবক অমগী।

জামিনি ।—জীবন।

জীবন ।—ইমা !

জামিনি।—নংনা ঙসি ইথা থাজদনা যুম অসিদা খোং থাংজিল্লক-লিবসিবু ইমানা মফম অসিদা মতম খর থুপ্পুনা লৈবসি উবদা নংগী নিংদোল পোম্লবরা?

(থুমোক থম্বা)

জীবন।—ইমা, ঙসিদি নচাবু অহুক লান্না লৌবীগনি।

নবীন।—ইমা ঙসিদি ঐগী মকপ অসি ইমাদা লাল্লে হায়জগে লাক্লিবনি।

জামিনি।—কবি হাযবা?

জীবন।—(কপশিন্নহুনা) তশেংবনি ইমা। অঙাং বুদ্ধি ওইবনা অপংবা ৱাখল চেল্লুবনা ইমাগী নফমদা নচানা যান্না লানখবে। (চংশিল্লক্কুনা জামিনিগী মখোং কোল্লহুনা) ইমা, ঐনা লানখিবা পুন্নমক নচানি খন্দুনা অমুক্তা ঙাকপিয়ুকো ইমা।

জামিনি।—(জিবনগী লে মুম পাইহুনা চিংখৎলগা) হোৌগৎলো নহাক্কা ইমাদা কবি লানগ্রবগে কবিসু লানখিবা লৈতেনা।

জীবন।—(কপশিন্নহুনা) ইমা, নচাদা অহুগুম্বা ৱাহৈ তাহনবীহুনা অমুক ইকাযবা পিবিরগনি ঙাকপিহৈবনা মমাগী থম্মোয়নি অহুনা ঐগী ইবাল ঙাকপিয়ুনে।

জামিনি।—নত্তে নত্তে জীবন, ইমানা নংগী নফমদা শাওনীংবা তুঙাইতবা, করিমত্তা লৈত্রে। নংগী অফ-হুন্নাইগীদমক্তা মতম পুন্নমক্তা ঈশ্বরদা থুবমলিবনি।

জীবন।— হোই মদো চুমগনি অহুবু নচাবু ৱারোদে শাওদে হায়বসিবু নচানা থম্মোয়দা করম্না অপেনবা ওইরসিগে।

জামিনি।—ফরেনে করি তৌরগা নংগী থম্মোয়গী অপেনবা ওইগদগে ইমাদা হায়য়ু।

নবীন।—অদু ওইরবদি ইমানা য়ুমদা অমুক লেংশীনবিরক্তুনা ঐগী মরুপপু কোনবীরবদি মরুপকী অপেনবা ওইগনি।

জীবন।—অচুম্বনি ইমা, নচা ঐহাক্তি খা-রাং কৈরোই লৈকাইগী মমাংদা মাই অসি থক্ষম লৈতরে মরমদি অপোকপী মমা নত্তে হায়তুনা মমা অতোপ্পী অসিবু ময়ুমদগী তাম্বোকক্লে হায়তুনা অথিবা রাহৈ কয়ানা ঙাংন শোন্নরি। অতুনা ইমানা নচাবু মিংচৎ অথিবা অসিদগী অমুক্তা কনবীয়ু।

জামিনি।—নংনা হায়বদা ইমানা য়ারোইদবা করি লৈবগে অদুদা ... ... ...।

জীবন।—অদুদা হায়রগা মথা তাত্রবদি কবি তৌরে। ঐসু ইমানা হায়বতা ইনজরগনি ইমাগী ননিং থুংদবা করিনো ?

জামিনি।—ঐগী নিংবা থুংদবা করিসু লৈতে। ঐনা নংগী ননাক্তা অমুক লৈররগা ইমৌ অতুগী মপুক্লিং পেন্দতুনা অমুক ইমুং মহি লাংলবদি।

জীবন।—মাগী মপুক্লিং থুংবা-থুংদবগী য়া করিসু লৈতে ঐগী নিংবা থুংলগা লোয়রে। করিগুম্বা মহাক্ল মতুং অসিদা ইমাগী মফমদা থকশি খাশি নাইদবা রাঙাং ঙাংলবদি খুদক অতুদা ঐনা মাবু মঙকশম লাক্তুনা ইনগনি।

নবীন।—ইমা লেংঙসি নৎত্রবদি জীবন অসে য়াম্না নিঙমদনা পুন্সি লেনবা তারে।

শেখর।—জামিনি।

জামিনি।—তাইবুঙো।

শেখর।—নচা অসিনা অসি য়োনা হায়জরবদা নংনা চৎভবা চুমদে। নচানা চামরক লানথ্রবসু মমা ওইবী নংনা চামরক ঙাকপিগদবনি। চৎলো চৎলো।

জামিনি।—তাইবুঙো।

শেখর।—ইচল অসিদি নপুক্লিং থুংদ্রগা নবুংগীসিদা তেক লাকউ।

জামিনি।—চৎলো চৎলো জীবন ইমা লাক্লগে।

জীবন।—অচুম্বনিকো ইমা?

জামিনি।—শোয়দনা লাক্কনিনে।

নবীন —হৌজিক হেক্তা লেংঙসিবা।

জামিনি।—ঙসিদি হুমিং ফৎতে হযেং লাক্লগে নখোই চৎলো।

নবীন।—চৎলসি ভাই।

জীবন।—(কপশিন্নহুনা) ইমা, হযেং শোয়দনা লাকউকো। খোংগাল বোমদা ওন্দুনা নংবুতা লাকপা য়েংহুনা লৈগদৌবিবনি ইমা।

জামিনি।—হোই হোই চৎলো চৎলো।

জীবন।—খুডাইবুঙো ঐখোয চৎচবে।

শেখর।—ইবুঙো। (জীবন নবীন চৎখিবা) অহুদি ঐসু থবক অমত্তং ঙশা ক্রুং চৎথোক্লগে শাস্তি।

শাস্তি।—পাবুং।

শেখব।—নন্দোল অসে হযেং চৎপ্রগদবনি অহুনা তোম্বা অহু লাক্লগা কৈথেলদা থাহুনা নিংথিবা ঙা অমত্তং য়েংহল্লুকো। (চৎখিবা)

শান্তি ।— ইমা, নং হয়েং শোয়দনা চৎলগদরা ?

জামিনি ।— নহাকস্ু তারিবছ্নিদনা ?

শান্তি ।— অদুদি চৎপা তারবা ।

জামিনি ।—করি তৌরবগেনে অদুবো ?

শান্তি ।—করিসুবুদি তৌদে । অদুদা ইমা চৎথ্রবদি ইমুং অসে ইচিক চিকহৌরগনিদো । ইমাদি নয়ুমদা চৎকদৌরবনিনা নথরাইদো হুভাইরমগনি, লৈহৌবা ঐখোয়দি ... ... ... ।

জামিনি ।—কৈদোবা ?

শান্তি ।—মতম খরদ ওইরবসু ইমুং অমত্তগী মীগুম তিন্নরম্মেদো অদুনা ইমানা চৎখিবদা য়াম্না হুভাইতবা পোক্কদৌরি ।

জামিনি ।—মদুদি নংদা নত্তে ঐসুনি মরমদি নংনা ঐবু নমাগুম্না লুনা চান্না তৌবীবা, অপোকপা ইচামরুসু তৌবিরমগনি নিংদে । অদুবু কমদৌনি ইবেম্মা ... ... ... ।

শান্তি ।—ঐদি পিক্না ইমা কাইনথ্রবনি অদুদগী ইমানা মতম খরা যুমশিদা লৈবীবদুদা ঐনা হুভাইজরম্মী মদুদি ঐবু পুন্সিগী কোনবীনবা অনৌবা ইমা অমা ঈশ্বরনা পিবিরক্লে হায়না ।

জামিনি —শান্তি ।

শান্তি ।—অদুবু পুন্সিদা ইমা কাইনবগী মৈচাক অদো অমুক্তো নৎতনা অনিরক ফংবা তারে ।

জামিনি ।—করিগীনো নংনা নথরাই অদুক হুভায়ত্রিববু তত্তনা ইমা ইচা ঐখোয় উনগদবা লৈ ।

শান্তি ।—উনবুদি উনগনি । অদুবু তশেংবা ঐগী আশাদি ইমামক্লি নিংজদুনা নংগী সেবা তৌজগে অদুগা ঐবুনা নচাগুম্না পুন্সিগী

কোনবীয়ু হায়জগে নিংবনি।

জামিনি।—হা ··· হা ···হা··· অঙাওবী, নিঙোল ওইবী ঐখোয়গী পুন্সিদা মমা মপাগী মিৎয়েংগী মখাদা পুন্সিচুপ্পা লৈবা য়াবরনে ?

শান্তি।—য়াগে হায়রগা য়াবহুবু ?

জামিনি।—নিঙোলনা মপুং মরৈ ফারক্লবদা য়াইরি কোন্দুনা থম্বগুম থম্বা য়াদবনিনে। অপোকপা মমা মপা থাদোক্লুনা অনৌবা মমা মপানা নাওকোনবা হায়বসে কায়বা য়াদ্রবনিনে।

শান্তি।—ইমা, নংসে ওন্থোক্লা পংখরে ঐগী ৱাখল অসে, করিমত্তা উবা ফংদে। ঐবু পুন্সিগী নাওকোনবীগদবা অনৌবা ইমাদো নহাকপু ওইজগে লেপথ্রবনে।

জামিনি।—করি হায়বা ? হা ইবেম্মা ?

শান্তি।—পংমনখরে ইমা অমা খংদ্রগা তোকও। ( চংখিবা )

জামিনি।— হ ... হ ... হ ... ইয়ে ইয়ে ঐসু ওন্থোক্লা ভাব তারুদ্রেদা। ঐগী ইচা মহেনগী আশা ওইরেশে। শান্তি ! ইবেম্মা ! ইমা ভাব তারে। ( চংখিবা )

লাইট ওফ

## ঙশুবা উৎপা

### য়ুম ( নিলমনিগী )

মফম :—মাঙ্গোল মতম :—অয়ুক

( কমলা অমসুং জীবন মপুক্লিং হুঙাইনা ইমুংদগী থোরকই )

জীবন। — কমলা, ঙসিগী ঙা থোংবসিদি ওন্থোক্লা হাওদ্রেদা কনাদগীনো ?

কমলা ।—ঙসাই থোংগালদা ঙা য়োনবী লাকপদগী ঐনা লৈহৌবনে। নত্তে ঙসি তারিখ কয়ানো ?

জীবন ।—ঙসি তাং ৭ ওইরিনিনা করিগীনো ?

কমলা ।—হৌখিবা থাদদি তাং ৪ দা মহেন্না শেল থারকই অদুগী হংজরিবা ।

জীবন ।—ঙসি হয়েং মরায়না য়ৌজরক্লগনি ।

কমলা ।—অদু রা অমত্তুং হায়নিংঙি অদুবু য়াম্না কায়রদরা ?

জীবন ।—করি রানো ?

কমলা ।—মহেননা থারকপা শেল অসি লাকপদা ঐনস্থু অস্তুম লৌবা য়ারে। অদুনা নথোয়গী নমা অসি।

জীবন ।—কৈদৌবা ?

কমলা ।—য়ুমসিদগী অমুক চৎহনগ্রসিনে।

জীবন ।—করিগীনো ?

কমলা ।— হায়বদি মহাক অমা চাবদা চংলিবা খরচ অসি তুংশিনবা ঙল্লবদি মীগী শেন্দোন থুমদোনদস্থু শিংদোকপদা মতেং ওইগনিদা। ঐনা হায়জরিবসিদি ইবুংঙোগী অরাবা কোক্লনবা ফননবা হায়জবনিকো।

জীবন ।—উম অদুদা কমলা, মহাকপু য়ুমসিদগী চৎহলগ্রগা মহেননা থারকপা শেল অদু কনানা শোয় তৌতুনা লৌগনি।

কমলা ।—মতুগীদি করিমত্তা খনবীরুগনু। ডাকপিওন লাকপদা মহাক অসিদা লৈত্রে হায়বসি খংহনজ্রগা লোয়রে। মাগী খুবি শোয় শাদুনা ঐগী খুবীনা হেক নম্বগা লোইরে হৌখিবা থা ২।৩স্থু ঐগী খুবী শোয়না অদুম লৌহৌই।

জীবন।—ডাকপিয়ন অত্থু কনিমত্তা খংদ্রা ?

কমলা।—করিগী খংলুনি। মশা ঙমদত্থুনা ইমুংদা লৈরে অত্থুনা খুবি শোয় লৌরক্কে হায়ত্থুনা শেল থারকপগী চেত্থু ঐনা ইমুংদা পুশিল্লগা ঐগী খুবিনা হেক শেমশাত্থুনা নম্বনীদনা।

জীবন।—সত্য কমলা, নংসিদি। ফরে অত্থুদি ঐ থবক অমত্তা চৎলুখিগে। নংনা পাম্বদো থোক্লনবা ইশৈ শকথরো মত্থুগী তান কায়দনবা ঐনা তাল থারক্কনি।

কমলা।—নংগী নপুক্কিং অমা খংলবদি মিৎনা কুপ্পদা ম্রাহৈ অমদা চৎলহনখিগে।

জীবন।—অত্থুদি ঐ মী অমত্তা উনহৌরুখিগে। ( চৎখিবা )

কমলা।—অত্থুগনে মীগী মমাংদা ইতোমতা ফত্তবা তাহনগনুকো মত্থুম তোরবদি য়ারোইদৌবনি ঐ ননাক্তা লৈত্রে খংজো।

( জামিনি চংলকপা )

জামিনি।—করি তোরবগে ইবেম্মা ?

কমলা। — ( মচুবা পৈত্থুনা ) করিস্থু তোদে। লৈত লাইরগী মরমদা ঙাংনারবনি।

জামিনি।—অত্থুবু থা ম্রাং তানবা ঙাংলগা ফজবরা। লৈত-লাইর অদো কোক্লনবা মনা মনিন নাইদনা তানরগা লোইরে।

কমলা।—হোই অবোক্লদি অত্থুম্না তাকপিবা নোংমগী চন্না অসি শোইদনবা তুম্মিন তুম্মিন হোৎনবদা ইমুং অসি অরু-অহেন পোৎশক অমত্তস্থু তারক্তরে। অত্থুনা থা ম্রাং তাদনবা লাওদবা য়াবকত্রবদি অবোকস্থু করি লৈবগে হায়ত্থুনা করিস্থু য়েংশিনবীবা লৈত্তে। ঙসিগী চাক থোংনিঙাই চেংফুদা চেং

মরিক অমা ফাওবা তাদে অসিদগী হনজিল্লক্লগা চাক চাগে হায়ত্নুনা ফম্মরনি। ঐদা হিংজনিংদ্রে শিঙ্গনিংলেদা।

জামিনি।—ঙসিগী চাক থোংদ্রিবরনে?

কমলা।—চেং মরু অমা ফাওবা তাদ্রে হায়রগা কদাইদগী চেংনা চাক থোংগদগে? ঙসিদি লোইন ব্রত কৎপা তারে।

জামিনি।—করি ব্রানো হায়রিবত্নুদি?

কমলা।—অচুম্বনে হায়রিবাসে। ব্রত কৎপা ঙম্মোই হায়রগা মমা ইবেম্মগা মচা ইবুংঙোগগী শোয়দনবা ঐনা লৈকাইদগী চেং খর ভিক্ষা ওইনা নিরুবা তারিএ।

জামিনি।—করিগী অত্নুক নহা ওইরিবী নংনা লৈকায়দগী চেং নিরুগদগে চৎপা তারবস্তু ইনেমনা চৎকনি।

কমলা।—মহেন অত্নুনা তৌবা শাবা অমা করিনো। থা ২।৩ সুরে মানা শেল মনা অমত্তা থারকত্রিবা। মাগী তামোস্তু শেল থোকত্রে হায়বা মাস্তু খংলিবনি।

জামিনি।—ঐনা মহেনদা চিঠি ইখো হাযবত্নুদি?

কমলা।—মাগী তামোনা মশিং লাকঙমদনা ইরিবনি। পাওখুম অমা ফাওবা হল্লকতে মাঙোন্দা থাননবা চিঠি খাও লৈবদা লুপা ২।৩ ফারক্লে।

জামিনি।—খংদেনে য়োংগী মচা অত্নুস্তু করি তৌরবনো? ফরে ইবেম্মা নং চাক ঈশিংকা থোংননবা ইরু-মাইথরম্মো ইনেম খা ব্রাংদগী ঙসিগী চারা ফংনবা চেং খর পুরুগে। নবুংঙোদো হল্লক্লগা চাক চাগে হায়ররনি।

কমলা ।—হোয ঙসিগীদি ঙসি ওইবে। মতুং অসিদদি অবোকস্তু ঐস্তু শেল থোক্লনবা থবক থব থব তৌনবসি নল্লবদি মাগী মাগী জিবীকা ওইনবা য়েংনগ্রশি।

জামিনি —হোয়, হোয নোমদবা শুদবা যাবকদো। নং ইরুজ-মাইথবম্মো। ইনেম থুনা লাক্কে ( চংখিবা )।

কমলা ।—মসিগী হহুবীসিদা মথিবোং চবা হেলহন্দুনা কংহন্দুনা তাং'কদো নৈগেদো, কযা কুইনা, ঐগী ইনাক্তা খাংবা ঙম্বাগে য়েংশি।

( মতম অসিদা পোষ্টমেন চংলকপা )

পোষ্টমেন ।—মনি ওদ ব লাকই অমুক্ত। লৌশিনবীগদবা ?

কমলা ।—ঐখোযগী অবোক্লী মিংদা লাকপা ওইবিনিনা।

পোষ্টমেন ।—হোয।

কমলা ।—অদুবু অবোক্তি য ম্না ল া থবক অমা চংথোকখবে অদুনা ... ... ...।

পোষ্টমেন ।—ইবেম্মনা লৌবিহৌববস্তু যাই কৈদোবগে ?

কমলা ।—অদু ওইরবদি ঐঙোন্দা পিবিবম্মো।

পোষ্টমেন ।—( চে পিবগা ) মসিদা শোয অমত্তং তৌবীরো।

( কমলানা শোয তৌবা ডাকপিযন্না শেল মশিং-থিবা )

কমলা ।—যারদবা ?

ডাকপিযন ।—যারনি। অদুগা লুপা ১০০নি শুববা অমুক্তা য়েংবিয়ু।

( শেলপিবা কমলানা থিবা )

কমলা ।—শুবে।

ডাকপিযন ।—চৎচরগে।

কমলা।—ফনি। ( ডাকপিয়ন চৎখিবা )

( লুপা ১০গী নোট অতুনা মখজাইদা ফু ফুরতুনা ঐখোয়না হাও হাওনা ঙা থোংবদা চারগা হন্নুবী মাবুনা হেলহন্দূনা উকায় তকপগুম তকতুনা কংতুনা শিহনগেদো। অসি ওইরে অপংবগী মরল অশিংবনা চাবা হায়বদো। হন্নুবী মাবু য়ুমশিদগী তানথোকপস্থ কক্তদরে অতুনদি হয়েংদগী মাবু থবক শুবা থারগা ঐখোযবু থাকহনগে অতুগা শেলশিং অসিনা খরনা মীগী মরল শিংদোক্লগে খরনা লোন্না লোন্না ঙা থোংবা চাথোক্লে। ( চংখিবা )

লাইট ওফ

৭ শুবা উংপা

লম্বী

মহেন স্যুইটকেশ অমা পায়রতুনা লাকই বকুলস্থ লম্বী অদোমদা লাকই )

বকুল।—মহেন বাবু!

মহেন।—বকুল বাবু।

বকুল।—ঙসি জিরিদগী ইস্ফালদা থুংবিরবরা?

মহেন।—হোয়; ঐ ইন্সপেক্টর প্রমোশন ফংলতুনা জিরিদগী ইম্ফালদা ট্রান্সফার তৌবিরক্লে।

বকুল।—হুংঙাইরেদা। মহেনবাবু, ঐগী পুল্লিদা মহেনবাবুগী মফমদা য়াম্না লানখরে। ওম্হোকপা শা অমগী থৌইনশিন্দগী মতম

অমদা মহেন বাবুবু ঐনা লান্না লৌখিবতুগী ঐবু ডাকপিয়ু।

মহেন।—নত্তে-নত্তে বকুলবাবুনা করিমত্তা লানখিবা লৈতে। মতম-তুদা ঐনা ওইরম্বা ফিভমতুদা বকুলবাবুনা ঐবু লান্না লৌখিবনি। মতুগী দমক্তা ঐনা করিমত্তা খনজবা লৈতে।

বকুল।—ঐ মহেনবাবু খোইগী ইমা ইবেম্মাদম্ম ঐনা লানখিবতুগী ডাকপিয়ু হায়জরখিগনি।

মহেন।—ঐনা হাযজরিবসিনি। মতুগীদমক্তা করিমত্তা খনবীরুগনু। লেংঙো লেংঙো।

বকুল।—অতুদি ঐ চৎচরে।

মহেন।—লেংঙো। (বকুল চৎখিবা)

( মাইকৈ অমবোমদা যেংলুবগা )

কনানো আদ লৈপাক হোল্লিবসে ইমা নম্রা? মানি করিনো তৌরিবসিদি ... ... ...।

( সুইটকেশ অছু থনম্লগা থুনা য়াংনা মাইকৈ অমরোমদা চৎখিবা; য়ান্না থুনা অমুক জামিনিবু কোল্লহনা লার্কমিন্নরকই জামিনি মশম মনা ইফা-ফাই মশাদু হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে)

জামিনি।—মহেন নং ওসি থুংলবরা?

মহেন।—হোই ইমা। অদু ইমানা ওসি তৌরম্লিবা মতৌ অসি করিনো?

জামিনি।—ঐনা করি তৌরবগেনে?

মহেন।—করিগীনো লৈবাক শুরম্লিববু? কনাগী থবকনো?

জামিনি।—শু-নোমজ্রবদি করি চাগনি ইবুঙো?

মহেন।—করি হায়বা?

জামিনি।—অচুম্বা নত্রাও ? থবক শুড়না শেল তানজ্রবদি ঈশ্বরনা লেমনা শাদবীরকদরা ? নংনসু থা ৩৷৪ শেল মনা অমতসু থারক্তু। ইমানা শুজ নোমজড়না তানজত্রবদি কনাদগী লৌড়না ইমাদি চারুনি।

মহেন।—করি ইমা থা ৪৷৫ অসি ঐনা শেল থারক্তে হায়বা। করি রানো ইমা থা খুদিংগী নংগী চাননবা লুপা ১০০৷১০০ থাগ্রিববু হন্দক্কী থাগীসু ঐনা জিরিদগী লাক্কদবা সুমিৎ ৩'৪ নি রাৎলিডৈদা থাগ্রিবনি।

জামিনি।—করি রানো নংনা হায়বিবদো ইমাদদি মংগুম্না থোক্লে। নংনা শেল থাখি হায়বসিনা অচুম্বা ওইরম্লবদি ঐনা কবম হায়না ফংদ্রিবা।

মহেন।—করি রানো ইমা শেল থাখিবা খুদিংগী নংনা ফংডে হায়রবপগী খুবাগী শোয় নমড়না খংহল্লকই অড়ুণা ইমানা শেল ফংদে হাযরিবসিবু ... ... ...।

জামিনি।—ইমানা ফংডবদবু শোল্লবা নমা হন্তুবী ঐনা নোংমগী চাক চরা অনিগীদমক্তা করিগী মাগী হাজিরা শুড়না শেল তাল্লুগনি।

মহেন।—( রাখল ভৌরগা ) ইমা ঐ লোইনা খংলে।

জামিনি।—করি খংলবা ?

মহেন।—ঐনা থাখিবা শেল লৌবা মীশক্তি তাদা অমসুং ইবৈমনা শোয়দনা ওইরমগনি। ইমাগী খুবী শোই শাড়না ইমা খংহন্দনা মখোয়না লৌশিনবনি।

জামিনি।—হোই নংনা থাখিবনা অচুম্বা ওইববদি মদো থাজনিঙাইনি।

মহেন।—শোইদ্রবনি ইমা। মখোয়না লৌবা নম্ননা কনানা লৌগনি। ফজ্জদেদা তামো, ঐনা আ লংফৈদা চানিংবা কোঙ্গাই চাদবমখৈ শেৎনিংবা কোঙ্গাই শেৎতবমখৈ ইমাগী চাননবনি হাযতুনা থা থা থুদিংগী লুপা খব খব থাখিববু মখোয়না ইমা খংকন্দনা তুম্মীননা .লৌশিল্লগা মখোয়না অহাও-অহাওবা চাবগা শোল্লবী ইমাবু হাজিবা শুহন্দুনা চাননবা তাল্হনবা। ছি-যা ওন্থোকপা পুকচেলনিদা মপুক্তুগী তাবা মচামক নঙ্গবস্তু মাগীস্তু মমানিকো ইমাসে।

জামিনি।—তুমিন লৈবো ইবুঙো।

মহেন।—বরিগী তুমিন্না লৈগনি ইমা। যুমদা চৎলশি পুকচেল পিক্লবা শাগা পাংখক ওইববা মখোয় অদুগা মাযোক্লতুনা চপ চার্বা ঙাংনরুখিনি ইমাবু অসুম্না রাহল্লিবা অদুগা নমথাক তৌদুনা শেল লৌবগী মতিক চাবা থবক পাইখৎকনি।

জামিনি।—নত্তে নত্তে মহেন।

মহেন।—পুন্সিদা মখোয়না ওৎপা নৈবা পুন্নমক খাংলক্লবনি। অদুবু ঙসিদি খাংবা ঙমদবে হাকমল্লি মখোয। ঙসিদি ইয়াম্বা ইতৈমনি হাযতুনা কবিমত্তা যেংলবোই মখোযবু ফাদোক পিগনি।

জামিনি।—নত্তে মহেন অদুগুম্বা বাখল খনগনু শেল অদু মারাইবা পাম্মদবগী রা নত্তে, শেল খজিক অদুগীদমক্তা নতৈমা অমসুং

নয়াম্বগী ইজৎ মাংননবা শিনবা হৌনদে নংনা থোকপা শেলবু নয়াম্বনা শিজিন্নবদা করি অকাইবা লৈবগে।

মহেন।—ইমা ... ... ...।

জামিনি।—তাও মহেন। ইমানা সংসারদগী থুপগ্রবা মতমদা নংগী লাইগুরু হায়ববু নয়াম্বা অসিনি। অদুগুম্বা মীশক অদুগী ইজৎ মাংনবা নংনা শিনবা হৌনবরা? নোংথক্তা তিল-শিংল-গা ইমায়দা তাই হায়বগুম মিংচৎ থিবদো নংগীগুনি। অদুনা লমন খুম্বগী রা থনগনু। লৌকিক ইমানা করিগী রাগনি। মহেন, ইমাগী রা তুংওইনদনা নংনা অনিংবা থবক্তা করিগুম্বা চৎথরক্লবদি ইমাদি য়ারোইদবনিকো।

মহেন।—ইমা নচানা করম্বা মতমদা ইমাগী রা ইন্দবা য়াওগ্রবগেনে? ইমানা য়াদ্রবদি অদুমডাই।

জামিনি।— চৎলশি য়ুমদা।

মহেন —য়ুমদ, হায়বদি শাশিং অদুগী মনাক্তা?

জামিনি।—নত্রবদি কদাইদা চৎকদগে।

মহেন —ইমা মতুমদি নচাবু ভাকপিয়ু। শাগা-মীওইবা ঐখোয়গা লৈমিন্নবা হৌনদে।

জামিনি।—মহেন।

মহেন —ইমানা হায়বস্থ নচানা ইনক্করে অদুগা নচা ঐগী অনিংবস্থ কায়হনবীগনু। ঐ মখোইগী মনাক্তা য়ুমতুদা পুস্লিগী খোং থাংজিল্লোই হায়না রাশকত্রে।

জামিনি।--অদুদি কদায়দা চৎকনি?

মহেন।—খুড়াইবুংডো শেখরগীদা লৈরুগনি।

জামিনি।—অদুবু নংবু ছুটি হুমিৎ কয়ানিগীনো নংনা ইস্ফালদা লাকলিবাবু ?

মহেন।—ইমা, ঐ ইস্ফালদা অস্তুম লৈরগনি। ইন্সপেক্টর ফম হায়গৎলদুনা ঐ লাক্লবনি।

জামিনি।—অচুম্বরা মহেন ?

মহেন।—অচুম্বনি। চৎলশি ইমা ঐবু শেম্বীরকপা খুড়াইবুংঙো শেখরবুসু অমুক্তা খুরমজরুখিগে। ঐখোয়গী ওইবা লৈফম-চাফম অমা শেমজবা ঙমদ্রিবা ফাওবা খুড়াইবুংঙোগীদা লৈগে হায়গনি।

জামিনি।—ক্ষরে নং চৎলম্মো। ঐসু নয়াম্বা অমসুং নতৈমগী মফম দা রাহৈ অমা অনিদং হায়রম্লগা লাক্লগে। নং চৎলম্মো।

মহেন।—লাকত্রবদি ঐদি কৌবা লাক্কদবনি।

জামিনি।—হোয়নে। চৎশি অসুরাই ফাওবা লম্বী তিন্নরি।

লাইট ওফ

৭ শুবা উৎপা

( য়ুম নিলমনিগী )

মফম :—মাঙ্গোল মতম :—হুংথিল

( বকুল শাওবনা ক্ষি ক্ষি কাম্লদুনা নবীনগা লোইননা চংলকই )

বকুল।—কানদে নবীনবাবু ঙসিগী হুমিত্তা নখোয়গী নোংমাইজিং উকিল অদো উনহন্দবা য়াদে।

নবীন।—অমুক্তা শাওবীখিসু ঐ লৈবরা অমুক্তা য়েংজখিগে।

বকুল। — য়েংবিয়ু য়েংবিয়ু।

নবীন।—জীবন বাবু! জীবন বাবু।

বকুল।—তাররোইএ। তানা তানা মনা পংশিন্নরনিএ।

নবীন।—মনিং ময়াবোমদা থবক ইনথাং শুদুনা লৈরম্বসু য়াই অমুক্তদি কোট্টুনা য়েংজখিগেদনা।

বকুল।—হোই হোই।

নবীন।—জীবন বাবু! জীবন বাবু!

জীবন।— ( মনুংদগী ) কননো ?

নবীন।—ঐনিনে।

জীবন।— ( মনুংদগী ) এ হায়বু কনানো ?

নবীন।—ঐ নবীননে। অমুক্তা থারকউ।

জীবন।— ( মনুংদগী ) নবীন নং গুইবে। ( হন্না তুনা য়েংদনা ফুরিং ফুবাম পান পান্দুনা থারকই )

ভায় ঐগী অবস্থা অসি য়াম্না থারাপ ওইরে। মীশক হান্না খংদোকএবদি মপাল থোকপা যাদবা মতাং থোক্লে। হা করি হায়গে না খুদিংমক্কী শেল হাৎলুবিবনিনা য়ুমদা ফাওবা মাঙ্গাম যোনা থোকচবা ওমদ্রে।

বকুল।—বাবু, ঐসু বাবুবু দশন তৌবা লাকচারি।

জীবন।— এঃ বাবুসু লাকপিরিবরা ?

বকুল —হোয়। ছই য়াওরিবা মথৈ খিবা ফংজদবা বাবুবু ওসিদি লাইবকফবা ওইজবে

জীবন।— নত্তে-নত্তে ঐবু য়াম্না লাম্না লৌবিথরে। ঐহাক্না বাবুবু অমুক্তং উনবা চৎচগে নিংজবসি মতম ওন্থোক্না কুইরবনি

অদুদা ভগবাননা শাক্ষী, তাল অমা ইচা চাদদুনা লাকচবা ঙমদবনি রারোগনু ।

বকুল ।—রারোজদে-রারোজদে । উকিলবাবুদি থবক য়াম্না চিনবা মীশক অমনিনা লাকপিবা শংদ্রমাল্লে খনজদুনা ঐনা হেক্তা লাকচবনি । অদুনা ঙসিদি উনরিঙৈসিদা অওইবা অমা হায়বীয়ু । নুমিৎ ৫।১০ নিগী দমক্তনি হায়দুনা লৌবিখিবদুনা চহি অমা ফারক্কদৌরে । কমদৌশি হায়রিবা ?

জীবন ।—বাবু, য়াম্না থুনা তৌজক্কগে রারোবীগনু । লেংবীরো ।

বকুল ।—নত্তে-নত্তে মদোমদা চৎথবীরগনু । ঙসি-হয়েং হংচিৎ অমুম্না পিবীগদবা নুমিৎ অদু পিবিয়ু নত্রবদি ।

জীবন ।—লৈত্রে খংলবমক্তদা force কা লোয়ননা হেক্তা তাক-পিবসিবু করিনো লৈদি লৈতনা করম্না অরেপ্পা নুমিৎ পিবা ঙমগদগে ?

বকুল ।—অদুবু লৌরমদাইদা রাখল তৌবিহৌবা য়াদবরা ?

জীবন ।—রাখলবুদি করিগী তৌদনি য়াম্না তৌবা ঙাৎনি ।

বকুল ।—অদুগা কৈদৌরবা ?

জীবন ।—কৈদৌবা হায়ববু বাবুদগী লৌথোকপা ঙম্নবা মতম মতমদুগী পংঙাং ঙাংখিবনিদনা ।

বকুল ।—অমুক কুইবা মতম অসি করবসু ফত্রবসু উকিল অমনি হায়দুনা বাবুগী মায় য়েংদুনা লৈজবনি । ঐনা চপ-চাবী থবক পায়থরক্কবদি বাবুগী মিংচৎ থিগনি হায়দুনা ।

জীবন ।—অদুম্না ধমকাদি তৌবীগনু । ধমকানা চৎপা য়াবা জীবন নত্তে । রাগী রাগী চুম্না ঙাংনশি ।

বকুল —চুম্না ংনবা যাবকত্রত্না ধমকা য়াওরকলিবনি হায়বসি বাবুনা খংবিত্রমাল্লে।

জীবন।— ! ? ফরে, বাবুনা পাম্বা চৎথবীরকপা মী মৃদিংমক্তা ঐনা মায় লৈজগদনা ।

বকুল।—এঃ ব্রাসিদি।

জীবন —মসে হায়ফম থোক্লবনি'

বকুল —কৈ ; নংবু ঐনা ফাদোপ হেক পিবা ভমন্ত্রবা হে সত্য বকুল ইমিং হোংগ্রগে। (চৎখিবা)

নবীন —জীবন নংবু ভাওরবরা ?

জীবন। ভাওদে ঐনা করি তৌরবগে ?

নবীন।—নক্তে চুম্না শেল ব্রাইথোক ব্রাইশিন তৌরুবগ্ন নক্তে মীগী সন রাইত্তুনা শিজিন্নরগা অত্তুক ব্রাহৈ খুবাম চাওনা ভাংবা হৌনবরা ?

জীবন। হা ?

নবীন।— মীগী শনা ব্রায়ত্তুনা শিজিন্নরগা শিংত্রবদি কেশ য়াম্না চাউই হায়বসি নং খংত্রা ? নংনা উকিল পাশ তৌরুরিবসিবু কদাইদা তৌরুরিবনো ? বকুল মানা ফত্রবদি পুলিশতা তাকলুরগা নংবু ফাইনবা ভম্মী।

জীবন।— অত্তুদগীদি ... ... ... ?

নবীন।—লোককপ।

জীবন। —অত্তুদগীদি ?

নবীন —হাজোক।

জীবন।—অত্তুদগীদি ?

নবীন —বীচাব তোরগা কাদোক ।

জীবন —নত্তে-নত্তে নবীন ভায নং অমুক্তা বকুল বাবুদো থেমজী-নবিকচো ।

নবীন ।—মত্নমা ঐ দায লৈতে

জীবন ।—অত্নদি ঐনা কাদোপ ত।বত্ন উবগা নং শুভাযগদবা ?

নবীন । –ভাযখো ঐ বা অমা হাযগে বকুলবু ফাজিনবা ভমগদবসি মী তমদি লৈ মাতনা বকুল-নেমথগ।নি ।

জীবন । কনানো ভায মখোং পাযত্ননা হাযজরুবগে ।

নবান ।—অ।ত নত্তে পুলিস ইন্সপেক্টব।নি ।

জীবন ।—পুলিস !

নবীন পুলিস পনবদা পাখৎকনু । হাযবিবা পুলিস ইনস্পে-ক্টব অসে অতৈ অতোপ্পা নত্তে । নংগী ননাওনিপা মহেননি ।

জীবন —মহাক ।

নবীন ।--মানি !

জীবন ।—মাঙোন্দা চংজরুবা ?

নবীন ।—মতম মতমগী হায়বত্ননি হশাগী ইজৎ মাংনিংত্রবদি ইকায়-ইকি পুন্নমক ছন্দোকুনা ইনাও অত্নদা চংজরুবনা করোয়ত্রা ?

জীবন ।—অত্নদা মহাক্তা ... ... ... ।

নবীন ।—মহাক নত্রবদি করি পাম্বৈ লৈরি ইপা ইপুগী পাওরো অমা লৈবদায় অত্ননি ।

জীবন ।—হোয়, ইনাও মহাক্তী মকমদা হায়জরুবা চংজরুববু কনানা উগনি ইজৎ মাংগদবগী শরুকপুদি মত্ননা ফগদমাল্লে চৎশি ভায় ।

নবীন ।—হোয়নে নিপামচা মাল্লেদো। নিপামচা হায়বসিদি মায় শউননা তোপকদবনি।

জীবন।—তল্লেদা ভায়। চৎতুম চৎশি। ( থোকমিন্নখিবা )

লাইট ওফ

৮শুবা উৎপা

য়ুম ( শেখরগীদা তাংতুনা লৈবা মহেনগী )

মকম :—মাঙ্গোল মতম :— ন্নুংথিল

( মহেন ইন্সপেক্টরগী ড্রেশ শেত্তুনা লৈরম্মী জামিনিনা পানা অতপ্পা শেম্পাক অমদা হাপ্তুনা পুথোরকই )

মহেন।—ইমা, ঙরাং ন্নুংথিল ঐবু তাদনা হংঙম্মী হায়বতু ঐনা ঙসাই অয়ুক আফিস চৎলুবদা লোইনা খংঙকলে।

জামিনি —করিগী ওইরম্লে ?

মহেন।—বকুল হায়বা মহাজন অমগী শনা ব্রাইরগা শিজিন্নরগা মাংহনখরে হায়।

জামিনি।—অতুদি করম তৌবা তারে ইবুঙো ?

মহেন।—করম তৌনি মানা তৌজবা কর্ম্মগী মহৈ ৎবা তারেদনা বকুলনা ঐগী ইয়াম্বনি হায়বা খংদতুনা ঐঙোন্দা ব্রা তান্নরৈ অতুবু ঙসাই অয়ুক কাওবদি দরখাস্ত থাহনখিম্রে। বকুল হায়রিবা নিপা অসিনা তাদগী মথক্তা দরখাস্ত হেক থাবদা থানানা তাদবু খুদক্তা কাবদি শোইম্রে।

জামিনি।—অদুবু ইবুঙো নংগী নয়াম্বা নত্তে হায়বসিদি কয়াম কুইনা লোৎপা য়াগনি। নংগী তাদবু হেক ফাবা পুনবদা নংগীস্থু ইজ্জৎ মাংবনি অদুনা য়ারবদি ফিভম অসি তাদনবা হোৎনশি।

মহেন।—মদো ঐঙোন্দা খরা ল্লানা থোক্কনি ইমা মরমদি বকুল হায়রিবা নিপা অদু শাওবনা মৈ হৌগ্রবনি। মহাক দরখাস্ত শোয়দনা থাগদৌরি মদুদগী মখা তারকপদি লৈপাক কুম্মৈ ওইগদবা থৌদোক কয়াস্থু থোরক্কদৌরি।

জামিনি।—মদুগী অর্থদি নয়াম্ববু হাৎকরা চন্দুনা লমজাও শরক্তা পুন্দুনা চৎকদৌরি অসি নত্রাও ?

মহেন।—অদুগা ইমা, পুলিস ঐখোয়গী duty গী মতুং ইন্না তাদবু হাৎকরা চনবদো ঐগী ইথৌ ওইগদৌরি।

জামিনি।—নয়াম্বগীদমক্তা নং ঐ লৈরিঙৈদা অদুগুম্বা ফিভম অদু ওইহনগদ্রা ?

মহেন।—অদুবু করি তৌগনি।

জামিনি।—নয়াম্বা অদুনা পংবদগী ঐগী ইফমদা চামরক হন্না লানগ্রবস্থু ঙাকপিহৈবনা ঐগী ইথৌনি।

মহেন।—তাদনা ইমাগী মফমদা চামরক লানবদি ইমানা ঙাকপীবা ঙম্মি। অদুবু লমলান্বা অতোপ্পগী মফমদা লাল্লুবগীদমক্তদি আইনগী মথুম্তগী ইমানা তাদবু কনবদি ওইথোক্তবনি।

( মতম অসিদা বকুল চংলকই )

বকুল।—নমস্তে ; মহেন বাবু।

মহেন।—নমস্তে : তাদা। লেংশিনবীরকউ।

বকুল।—ঐনা গুসাই ব্লারি তৌজবত্ত হৌজিক মুংথিল দরখাস্ত থাজবা তারে। ( চে অমা উত্তুনা ) মসি য়াগদরা অমুক্তা য়েংবিয়ু। ( মহেন্না চে অত্থু লৌরগা য়েংলগা )

মহেন।—য়াদি য়ারনি। অত্থুদা ... ... ...।

বকুল। -অত্থুদা কৈদৌবা বাবু ... ... ...।

( মহেননা বকুলদা চে পিবা )

মহেন।—করিগু তৌদে।

জামিনি —মহেন লাক্লিবা ইবুংঙো অসি নংনা হায়বা ব্লাকম অত্থুগী-দমক্তরা ?

মহেন।—মানি ইমা

জামিনি।—ইবুংঙো, নিপ অত্থুনা ইবুংঙোদগী ব্লাইখ্রিবা সনাবু কয়াম য়াম্বগে ?

বকুল —ইন্দোল ইবেম্মা সনা মহোর মঙানি। মহেনবাবু ঐ চৎচরগে। ঐ হৌজিক থাজিনজরম্লগে।

মহেন।—ফনি। ( বকুল চৎখিবা )

জামিনি।—মহেন, নংনা করিগুম্বা ব্লা অমতা হায়হৌদবা করিগীনো ?

মহেন।—ঐনা হায়গদবসি করিনো ?

জামিনি।—(মপালরোমদা য়েংলগা)ইবুংঙো ! অমুক্তা ঙায়বিরমথো ইন্দোলগা ব্লা অমতা ঙাংনখিসি। (থোকখিবা)

মহেন।—ইমা ! ইমা ! ঐনা হৌজিক তৌগদবসি করিনো। (ফমত্থুনা ব্লাখল তৌত্থুনা লৈবা) (মতম অসিদা জীবন অমসুং কমলা চংলকই)

মহেন।—ও কবি থবক্তী ?

জীবন। ঙব ংস্তু ইথাম্বনা নংবু থিবম্মী।

মহেন। কবি মবমগী থিবীবম্লিবা ? ঐ অসিবু সংসারসিদগী লৈত্রে হায়না তাদনা লৌবিত্রে হাযবদাহ।

জীবন।—নঙে, নঙে, মহেন অতুগুম্বা রাহৈনা ইয়াম্ববু অমুক ইকাইবা পিরগনু।

মহেন —ইকাইবা পিবগী রা নঙে তাদনা করিগুম্বা কাওরম্বস্তু য়াহ হাযতুনা নিংশিংজবনি।

জীবন।—কবিগী কাওগনি কাবমত্তা কাওদে। নংগী মফমদা ঙাংখিবা অশাবা রাহৈ, চংখিবা শাগী লিচং অদো মিকুপ খুদিংদা কাওবা লৈতে। অতুবু ঙসিদি ঐনাখংবা ঙমলে মীপুম খুদিংমক্কী মফমদা নমথাকপু লোংপা ঙম্লবস্তু অচুম অবানগী বিচাব তৌবিনবা তাইবংগী মপু অমা ইচাও-চাওনা লৈরি হাযবসে ঙসিদি ইযাম্বনা তশেংনা খংবা ঙমলে ইশাগী ওইজবতা যেংবা পুকফংত্রবা নয়াম্বা ঐহাক অসে নংগী নফমদা মাইথীবে। লানখিব পুম্বা নয়াম্বনি হাযনা থন্দুনা অমুক্তা ঙাকণ্ড অতুগা মিংচং থিবা থোদোক অমদগী নংনা ইযাম্ববু অমুক্তা কনবীযু।

মহেন।—ফব-ফত্রবস্তু ঐ হাজিক পুলিস ইন্সপেক্টর অমনি লমচং চুমদবা ৪২০ অমনা ঐগী য়ুমদা চঙকপদি কয়া চুমদে।

জীবন।—মহেন।

মহেন। মীনা উরগা ঐগী ইজ্জৎ মাংগনি চংপিরো।

কমলা —মহেন. ইতৈমাগী রা অমুক্তা তাথো পুন্নমক অসে নি পী অমা ওইরগা যুমগী নিপীগী লিচং চংতবী যুমপানবগী রাখল লৈতবী ইরাংতনা ফিজেং ওইবী নতৈমা ঐগী থোইনশিন্দগী নংগী তাদনা শাগী পুকচেল চেল্লুবদগী অসি য়োনা লৈখা তানা মাংখ্রবনি। নমা অমত্তগী গর্ভদগী তামন্নরকপা পোকমিন্নবা নয়াম্বমক নত্রবস্তু নয়াম্ববু থুদোংথীবা অরাবা অসিদগী অমুক্তা কল্লু।

মহেন - নিপীগী থোইনশিন চংপা নিপাদি অপুন্ন। অরাবা থুদোং-থিবা নংঙি হায়বসি থংহনবনা ফত্রা?

জীবন।—নংনা ইয়াম্ববু লমন থুমগে নিংলিবরনে? ঐনা নংগী নফমদা লানথিবা অতুগীদমক্তদি হায়রিবদো চুম্মী অদুবু ইয়াম্ববু নংনা পুক্সিগী অরোইবা ওইনা অমুক্তদি ভাকপিয়ু।

( মতম অসিদা বকুল অমসুং জামিনি চংলকই )

জামিনি —কনানো? জীবন।

জীবন --মানি ইমা ঐনি।

জামিনি।—ননাওগা করি হায়নরে?

জীবন।—হায়নরে। অদুবু ঐনা লানথিবা কয়ামরুম অতুগীদমক্তা মহেন্না ঐবু ফুংশিবীরে। ইমা শাদগী তেন্না তোল্লবা নচ ঐনা ইমাগী নফমদা চামরক লানথ্রবস্তু নচাবু অমুক্তদি অরানদগী কনবীয়ু। ইমা, পোক্তবী মমা অমনা অপোবপা পক্তবা মচা থাযদনা মচা থুদিংমক্কী মফমদা ফুংশিব মিংয়েংনা পপ চপ মান্ননা য়েংঙি হায়বসি তাইবংপালদা থংহনবীয়ুকো ইমা।

জামিনি।—মহেন, মমানা মচাবু কম্লনবগীদমক্তা নংগী নকমদগী ইমানা লুপা ১০০০ অমত্তা ভিক্ষা ওইনা নিরি।

মহেন।— ইমা।

জামিনি।—ইমানা নংগী নকমদা খুৎ তিংথোকলিবসে লৎনবা তৌগম্ব। চিংনদনা হাপ্লবদি ইমাগী খোমলাং লমন শিংবা ওইজৌ।

মহেন।—ইমা।

জামিনি।—অতুগীসু মথক্তা পোকমিন্নদবা মনাও অমনা ময়াম্বগী-দমক্তা কদায ফাওবা খনবা কদায় ফাওবা মুংশিবগে হায়বদো সংসারদা নংনা খুদম অমা থনম্মু। নংনা ইমাগী ভিক্ষা অসি হাপ্তুনা নয়াম্ববু অমুক্তদি কল্লু।

মহেন।— বকুল বাবু লেংবিরো। বকুল বাবুগী লুপা ১০০০ অমদো ঐনা হযেং শোয়দনা পিজগনি।

বকুল।—করিনো হাযবীরিবদো?

মহেন।—ওকপিগম্ব। ককুলবাবুনা কেশ তৌগে নিংবিরিবা নিপা অদো ঐগী ইয়াম্বনি।

বকুল।—জীবন বাবু?

মহেন।—হোই। লেংবিরো।

বকুল।—অত্তুদি হয়েং লাকচগে।

মহেন।—ফনি। ( বকুল চৎখিবা )।

জীবন।—মহেন, ইয়াম্বগী ইবুঙো নংনা ইয়াম্ববু মুংশিবীরিবা অসিগুম্না হেক পোকমীম্নবা ইনাওমক্তা মুংশিবীরমগজ্রা?

ব্রাংলবা থম্মোইনা নংগী ওইবা নহাক অসে ইনাও ওইনা কংজরুবদি ঐগী কয়াদা লাওবক ফগ্রবনো।

মহেন।- তাদা, হৌখিন। হাৎবে মৌগিক তাদগী মফমদা ঐনা হায়জনিংবদি ঙসিদগী হৌবদুনা ননাওবু অক্ক-ফম্ভ পুন্নমক তাকপিদুনা মুংশিবা মিৎযেংনা যেংবীদুনা ননাওবু কোনবীয়ু।

( মতমসিদা শেখর শাম্ভি চংলকপা )

জীবন।—নত্তে নত্তে, নংনা অদুম্না হায়গদবা নত্তে। নংগা ঐগদি থক-খা ওন্নববনি পুক ফত্রবা নয়াম্বা ঐবু নংনা অপংবা নয়াম্বা অমনি খন্দুনা বাবক্কদবনি কমলা নং হৌজিক ফাওবা করি তৌরি ইমাগী মথোং পাযদুনা লাল্লে হায়জো।

কমলা —অবোক, পংলবী জ্ঞান নৈত্রবী তুংগী পোংসম থংদবী নচাবু ঙাকপিয়ু। ঙসিদগী হৌবদুনা ইমামরি নিংনা সেবা তৌজবা ফংহনবীয়ু।

জামিনি। নত্তে, নত্তে, নখোয় পুন্নমক ঐগী ইচা ঙাক্লন।'নখোয়গী নরালবু ঙাকপিবা ঙমজবদি মনা ওইবগী কবি মমল লৈরি। ঙসিদগী হৌবদুনা নখোয় পুন্নমকসু অমত্তা ওইনা ইথাদা কোনজবা ফংলগনি নিংলুবদা ঐগী মুঙাইবগী ঙমখৈ নৈতবে।

শেখর। অঙকপা মমা ওইবিগী পুকচেলনি।

জামিনি।—তাইবুঙো, লেংশিনবীয়ু।

শেখর।—ইবেম্মা জামিনি, নচানা চাম্মরক হন্না নংগী নফমদা লাম্নবসু ঙাকপিবনা নংগী নথৌ ওইববী মচা খুদিংমক্কী মফমদা অমত্তা শিংমু মিৎয়েংনা ওইবা য়েংবা ঙম্বী পোক্কবী

মমা কয়াগী মফমদা ফিদমলফম ওইহৌরগনি। নংগী অসিগুম্বা তমজনফম ওইরবা লিচৎ শাজৎ অসি তমজনবগীদমক্তা ঐগী নৌরাংনা য়োকচরক্লবী লমহেল্লবী ইচা শান্তি অসে নংগী নফমদা ঙসিদগী শিন্নরগে হায়ত্তুনা লাক্লবনি। নচা ওইনা য়োক্কে য়োকস্ট নমৌ ওইনা কোনগে কোনবীয়ু।

জামিনি।—মত্তুদা তাইবুংঙো শান্তিনবু য়ারবরা ?

শেখর।—ইচাগী পুক্লিং খংদনা থবক পায়বা মী অদো ঐ নত্তে। নংগী নচা মহেনগী পুক্লিংবু খংলবরা ?

জামিনি।—মমানা মচাগী ইহুন খংদবা হৌনবরা ? শান্তিনবু য়ারবদি ঐনা ইমৌ ওইনা পুল্লিগী কোনজরগনি। মহেন, তারেদনা ? শান্তিবু ইমৌ ওইজবা নং য়ারেদনা ?

(মহেন ইকায়বোই হরাওবোই রা হায়বা ঙমদবা শান্তিদা য়েংঙকপা ; শান্তিনস্যু হরাওজবা ) মীনা হংবদি খুমজত্তুনা খুম্মো।

শেখর।—ঐ খংঙে মখোয় অনিমক মশা মশানা য়ানরে। ঙসিদগী মহেনবু ঐগী ইমাকনি হায়না লৌরগনি।

জামিনি।—ঐস্যু শান্তিবু ইমৌনি হায়না লৌরগনি।

( ময়াম পুন্নমক হরাওনা মাইথোং মকা লাম্মী )

---

লোইরবা